দাদা ভগৱান প্ররুপিত

# শিৱা

মতমদা, মমাংদা অমসুং মতুংদা...

পোকপা লৈবদুদা, মদুদা শিবসু লৈ।

পোকপা শিবা আত্মাগী নত্তে

আত্মা পরমানেন্টনি.

Manipuri

দাদা ভগৱান কথিত

# শিবা মতমদা,

# মমাংদা

# অমসুং

# মতুংদা...

'Edited by Dr. Niruben Amin and Translated in Manipuri by Followers '

**Publisher :** **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,
1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,
Opp. Navrangpura Police station,
Navrangpura Ahmedabad: 380009
Gujarat,India.
Tel: +91 79 3500 2100, +91 9328661166/77



**First Edition** **:** 500 copies May, 2023

**ভাৱ মমল** **:** ‘পরম বিনয়’ অমসুং
‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ভাৱ !

**Price** **:** 50 ₹

**Printer** **:** Amba Multiprint, in front of H.B Kapadiya New
High School, Chhatral-Pratapura Road, Chhatral,
Ta.Kalol, Dist.Gandhinagar-382729, Gujarat.
Phone : +91 7935002142

**ISBN/eISBN** **:** 978-93-91375-46-1

**Printed in India**

# ত্রি-মন্ত্র








নমো অরিহন্তানম

নমো সিদ্ধানম

নমো আয়রিয়ানম

নমো উবজজায়ানম

নমো লোয়ে সব্বসাহুনম

এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো

সব্ব পাবপ্পনাশনো

মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম

পঢমম হৱই মঙ্গলম ॥১॥

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥২॥

ওঁ নমঃ শিবায় ॥৩॥

জয় সচ্চিদানন্দ



## দাদা ভগৱান কনানো?

ইং1958গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং৬ মতম্নি, মীয়াম্না, পীক-থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে স্তেশনদা ফমলিবা শ্রী এ.এম পাতেল মওং ওইবা হকচাং-মন্দির 'দাদা ভগৱান'বু মপুংফানা ফাওগৎখিরম্মী অমসুং মহৌশানা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং১গী মনুংদা ব্রমহানবু উখিরম্মী। 'ঐ কনানো? ভগৱান কনানো? জগত কনানা শিল্লীবনো? কর্ম করিনো? মুক্তি করিনো? 'অসিদসু নত্তনা জগতকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা খোংফম লম্বী প্রগত ওইখি।

মহাক্না ফংখিবগুম্না, মদুগুম্না শুপ্পতগী পুং২গী মনুংদা অতোপ্পবুসু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তগী। মদুবু 'অক্রম লম্বী' কৌই। ক্রম হায়বদি সিরীগী মথক্তা সিরী, মথং-মনাও নায়না মথক্তা কাবা! অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা, লিফ্টকী লম্বী, শোর্ট-কট।

মহাক মশামক্না মীওই খুদিংমকপু 'দাদা ভগৱান কনানো'?মদুগী মরি-মথোং ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী মদুদি, ''মসি অদোম্না উরিবসি মহাক দাদা ভগৱান নত্তে, ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা প্রগত ওইরিবা, মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। লোক ১৪গী মপুনি।মহাক অদোমদসু লৈ, পুম্নমক্তসু লৈ। অদোমদা ফোংদোক্তবা মওংদা লৈ অমসুং 'মসিদা' ঐহাক্কী মনুংদা মপুংফাবা মওংদা ফোংদোক্লি।ঐহাক ইশামক ভগৱান নত্তে।ঐহাক্কী মনুংদা প্রগত ওইরিবা দাদা ভগৱানবু ঐহাক্সু খুরুমজৈ।"

## আত্মাজ্ঞান ফংন্নবগী প্রত্যক্ষ লিঙ্ক

পরম খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান(দাদাশ্রী)না 1958তা আত্মাজ্ঞান প্রগত ওইখি। মদুগী মতুংদা 1962দগী 1988ফাও দেশ-বিদেশ কোইদুনা মুমুক্ষুশিং(মুক্তিবু ফংনিংলিবা)বু সতসঙ্গ অমদি আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লম্মী।

দাদাশ্রীনা লৈরিঙৈদা খুরুমজনিংঙাই ওইরবা ডা. নীরু বহেন অমীন(নীরু ইমা)বু আত্মাজ্ঞান ফংহন্নবগী জ্ঞানসিদ্ধি খুৎশিন্নখি। দাদাশ্রীনা হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা নীরু ইমানা মদুগুম্না মুমুক্ষুশিংবু সতসঙ্গ অমসুং আত্মাজ্ঞানবু ফংহন্নবা, নিমিত্ত ভাৱদগী তৌরম্মী।

আত্মাজ্ঞানী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেসাইবু দাদাশ্রীনা সতসঙ্গ তৌন্নবগী সিদ্ধি খুৎশিন্নখি। হৌজিক খুরুমজনিংঙাই ওইরবা নীরু ইমাগী অশীর্বাত্তগী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেশ-বিদেশতা নিমিত্ত ভাৱদগী আত্মাজ্ঞান ফংহল্লি।

মসি আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংদা, মুমুক্ষু লিশিং কয়ানা সংসারদা লৈরসু, মথৌ পুম্নমক পাংথোক্তুনা মুক্তা লৈদুনা আত্মাদা লৈবগী নুংঙাইববু অনুভব তৌইরি।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরিলৈন্না ঙাংথোকরকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি। ওরিজিনেল মওং ওইনা গুজরত্তি লোনদা পুথোকপা ওই। মসি মদুগী ওরিজিনেল লাইরিক্তুদগী হন্দোকপনি। তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা থোল্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিন্বা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক বর্দান মওং ওইনা খুদম ওইগনি।

পুথোকচারিবা লোন-হন্থোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজৈ মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মনিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু খঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা মফম খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোল্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্থোক্লা ময়েক শেংনা থঙনবগীদমক ইজবনি। হায়বদি মফম থরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মনিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি। দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোল্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মনিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা। মসি নত্তবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পিজরি।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মনিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজৈ তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুত্তগনি। কনাগুম্বনা জ্ঞানবু থমথেংনা থঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু থঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না থঙহনজরি।

লোন হন্দোকপগা মরিলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org

# Editorial

শিবনা মীওইববু কয়াম য়াম্না কিহল্লি, কয়াম য়াম্না নুংঙাইতবা থোকহল্লি অমসুং অৱাবা থক্তদা লুপ্তুনা থল্লি। অমসুং মীওই খুদিংমকপু পুন্সিদা কনাগুম্বা অমা নত্রগা কনাগুম্বা অমগী শিবগী শাক্ষী ওইগদৌবা ওইরি। মদুগী মতমদুদা শিবগা মরি লৈনবা মশীং-থীঙমদবা ৱাখল ফাওবা ওই মদুদি শিবগী শক্তমগী রিয়েলিটি করি ওইরমগনি? তৌইগুম্বসুং মদুগী মরি-মখোং অদু হাংদোক্তবগী মরম্না মদুদা অদুমক লেপ্পা ওই। মসি শিবা অসিগী মরি-মখোংবু খঙন্নবগীদমক মীওই খুদিংমক য়াম্না খঙনীংবা ওই। অমসুং মদুগী মরমদা য়াম্না তাবদা নত্রগা পাবদা লাক্লি, মীয়ামদগী ৱাফম খঙবদা লাক্লি। তৌইগুম্বসুং মদু বুদ্ধি থক্কী মাঙদা দোলান শাবা থক্লি।

শিবা করি ওইরমগনি? শিবগী মমাঙদা করি ওইরমগনি? শিবগী মতমদা করি ওইরমগনি? শিবগী মতুংদা করি ওইবগে? শিবগী এক্সপেরিএন্স তাকপা ওইবা কনা? শিরিবা অদুগীদি, মহাক্কা মশাগী  এক্সপেরিএন্স হায়বা ঙমদে। পোকপা ওইরিবদুনা, মহাক্কা মমাঙগী অবস্থা ফীভম খঙবা ওইদে। মতৌ অসুন্না পোকপগী মমাঙদা অমসুং শিবগী মতুংগী অবস্থা কনাগুম্বা অমত্তনা খঙদে। মরমদুনা শিবগী মমাঙদা, শিবগী মতমদা অমসুং শিবগী মতুংদা করম্বা দশাদা হকথেংনরমগনি, মদুগী মরি-মখোং, মরি-মখোং থক ওইনা লৈদুনা লৈ। দাদাশ্রীনা মশাগী জ্ঞানদা য়েংদুনা মসি মরি-মখোঙ পুম্বা, ওইবা মদুগুম্না, *য়থার্থ*(চপ-চাবা) মওংদা হাংদোক্লি, মদুবু মসিদা খোমজিন্বা ওইরি।

শিবগী মরি-মখোং খঙবগা শিবগী অকিবা অদু চৎথিবা ওই।

নুংশিরবা ইমুংগী মীওই শিবগী মতমদা ঐখোয়না করি তৌগনি? ঐখোয়গী অচুম্বা থৌদাং করিনো? মহাক্কী *গতি*(মপোক মওং) মতৌ করম্না হোংহনগনি? নুংশিরবা ইমুংগী মীওই শিরবগী মতুংদা ঐখোয়না করি তৌগদৌবগে? ঐখোয়না করম্বা জ্ঞানগা লোয়ন্না সমতাদা লৈগনি?

অমসুং মীয়াম্না থাজনবা পুন্নমক, হায়বদি তর্পোন, শোরাদ্ধ, ব্রম্মনবু চাক-পীজবা, দান, গারুড় পুরান(পুরান পাবা;ৱারি-তাবা)অসিনা চিংবা, মখোয়গী অচুম্বা কদায়-ফাওবা? শিরিবা অদুদা করি-করি য়ৌবগে? মসি পুন্নমক তৌগদ্রা নত্রগা তৌরোইদ্রা? শিবা মতুংগী গতিগী ফীভম অসিনচিংবা

পুন্নমক ফোংদোকপা মসিদা মরিক-চুন্না ওইরি।

অসিগুম্বা, কীনিংঙাই ওইবা শিবগী মরি-মখোং থঙবা মতমদা, মদুদা মীওইবনা অসিগুম্বা খুদোংচারবা পুংফমদা মহাক্না হিংলিবা মতমগী ব্যবহারদা অসিগুম্বা খুদোংচাবশিংগীদা শোয়দনা ঈংথবা ফঙবা ওই।

'*জ্ঞান্নী পুরুষ*' মহাক, হকচাংদগী, হকচাংগী অবস্থা পুন্নমক শিংদগী, পোকপদগী, শিবদগী তোঙান্না লৈরি। মদুগী *নির্নতর*(লেপ্পা-নাইদনা) *জ্ঞাতা-দ্রষ্টা*(থঙবা-য়েংবদা) লৈরি, অমসুং *অজন্মা*(পোক্তবা)-*অমর*(শিদবা) আত্মাগী অনুভৱ দশাদা লৈবা ওইরি মহাক্না! পুন্সিগী মমাঙগী, পুন্সিগী মতুংগী অমসুং হকচাংগী অরোইবা *অবস্থ*দা পোক্তবা-অমর, অসিগুম্বা আত্মাগী ফীভমগী অশেংবা করিনো, মসি জ্ঞান্নীপুরুষগী *জ্ঞান* দ্রষ্টিদগী ইফোং-ফোঙনা ফোঙদোক্লি।

আত্মাদি মতম পুন্নমক্তা পোকপা-শিবাদগী মথক্তা লৈবা ওই, আত্মাদি *কেবলজ্ঞান*(জ্ঞান থক্কী) শক্তমনি। কেবল *জ্ঞাতা-দ্রষ্টা*(থঙবা-য়েংবা থক্ত)নি। পোকপা-শিবা আত্মানা লৈতে। মদু ওইরবসু বুদ্ধিদগী পোকপা-শিবগী চৎনবিগী হৌহন্বা ওইরি, মদু মীওইবগী অনুভৱ তা লাকপা ওইরি। মতমদুদা স্বাভাবিক মওংদগী মচং-ওইবা ৱাহং মাংদা লাকপা ওইরি মদুদি পোকপা-শিবা অসি মতৌ করম্না ওইবগে? মদুগী মতমদুদা আত্মা অমসুং লোয়না-লোয়না করি-করি পোৎ ওইবগে? মখোয় পুন্নমক্কী করি ওইবগে? মমাঙগী মপোক কনাগী ওইবগে? করম্না ওইবগে? লাকপা-চৎপা কনাগীনো? তৌবা ওইবা অদুদগী হৌরকফম অমসুং হৌরকফমদগী তৌবা ওইবগী চৎনবিগী *সর্জন*(হৌহন্বা) করম্না তৌবগে? মদুবু করম্না লেপহনগনি? আয়ুষ্যগী পুনশিন্বা(মথংগী মপোক্কী) মতৌ করম্না তাবগে? *আয়ুষ্য*(হিংগদৌবা চহী)করিগী মথা-পোন্না লেপ্পগে? অসিগুম্বা সনাতন ৱাহংশিংগী *সচোত*(মরিক চুম্বা)-সমাধান ওইবা, সাইটিফিক অন্দরস্টেন্দিং *জ্ঞান্নী পুরুষ* নত্তনা কনানা পীবা ঙম্বগে?

অমসুং মদুগীসু মমাঙদা, গতিশিংদা চৎন্বগী লো করি ওইবগে? *আত্মাহত্যা*(সুশাইট)মদুগী মরম অমসুং মহৈ করি লাকপগে? *প্রেত*(হকচাং লৈতবা;মীগী মনুংদা চংদুনা অরাম-থৌরাংবগী অৱাবা ওইহন্বা)য়োনি করম তৌবগে? ভুতয়োনি লৈব্রা? ক্ষেত্রা হোংন্নবগী নিয়ম করিনো? খেন্না-খেন্নবা মপোকশিংগী য়ুমবীনা করিনো? মপোকশিংদগী মুক্তি(নান্থোকপা)করম্না ফংবগে। মোক্ষ-মপোক ফংগদৌবা ওইরবা আত্মা কদায়দা চৎপগে? *সিদ্ধ গাতি*(মুক্তি

ওইদুনা মোক্ষ ফংলবা আত্মাগী মফম) করিনো? মসি ৱাফম পুন্নমক মসিদা ময়েক-শেংবা ওইরি।

আত্মা-শক্তম অমসুং অহংকার-শক্তমগী সুক্ষ্ম জ্ঞান জ্ঞান্নী নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তনা খঙবা ঙমদে।

শিবগী মতুংদা অমুক হন্না শিদনবা, অমুক হন্না পোক্তন্বা, মদুগী দশা অদুবু ফংন্নবগা মরি-লৈন্বা পুন্নমক মরিক-চুন্না, মসিদা সুক্ষ্ম মওংদা খোমজিন্বা ওইরি, কনাগুম্বা পারিবদুনা সংসার ব্যবহার অমসুং অধিয়াত্মিক প্রগতিগীদমক্তা কান্নবা ওইদুনা লৈগনি।

– **ডাঃ নীরু বহেন অমিন**

# শিবা মতমদা, মমাঙদা অমসুং মতুংদা...

## মুক্তি, পোকপা-শিবদগী

**ৱাহং-হংলিবা :** পোকপা-শিবগী চয়েৎন্বদগী করম্না নান্থোক্কানি?

**দাদাশ্রী :** য়াম্না ফজবা হংলি। অদোমগী মীং করি কৌবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** চন্দুভাই।

**দাদাশ্রী :** তশেংনমক্কী চন্দুভাইরা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** চন্দুভাইদি অদোমগী মীংনি, নত্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরবদি অদোম কনানো? অদোমগী মীং চন্দুভাইনি, মসিদি ঐখোয় ময়াম্না য়ায়, তৌইগুম্বসুং অদোম কনানো?

**ৱাহং-হংলিবা :** মরমদুগী লাক্লিবনি।

**দাদাশ্রী :** মদুবু খঙলবদি, মতমদুদা মসি পোকপা-শিবগী চয়েৎন্বা অসিদগী নান্থোকই।

হৌজিক্তি মপুং-ওইনা মসি চন্দুভাইগী মীংগী মথক্তা মসি পুন্নমক চৎলিদনা? পুন্নমক চন্দুভাইগী মীংদা?! অরে, মীনম্বা ওইগনি মসিদি? অদোমগী মথক্তা খজিক্তংদি থমগনিদনা?

মোঙফমদা চৎপা হায়বদি মহৌশানা মুন্বা! করম্না মুন্বা? মতমদুদা হায়, মীংদা লৈরম্বা বেঙ্গ-বেলেস অদু, মদু মুনখ্রে, অঙাংশিংনা মুন্বদা চৎখ্রে, বঙ্গলো মুন্বদা চৎখ্রে। মতুংদা মসি ফিরোল মীংদা লৈরিবদুসু, মদুসু মুন্বদা চৎখ্রে! পুন্নমক মুন্বদা চৎখ্রে। মদুদা হায়রি 'সাহেব, হৌজিক ঐহাক্না মফমদুদা করিবু লোয়ন্না পুগনি?' মদুদা হায় 'মীয়ামগা লোয়ন্না কীশি কীখিবশিংদু, মদুখৈ পুখো!' মরমদুনা মসি মীংদা লৈবা পুন্নমক মুন্বদা চৎকদৌরি। মরমদুনা ঐখোয়না

ইশাগীদমক করিগুম্বা খরা তৌগনিদনা? তৌরোইদ্রনে?

## থাখো, মথংগী মপোক্কী ময়োম!

ঐখোয়গী মরি-মতা নত্তবা, অসিগুম্বা অতোপ্পা মীওইশিংবু করিগুম্বা নুংঙাইবা পীরবদি, চেনবিদুনা, অতোপ্পা করিগুম্বা মখোয়বু পীবা ওইরগদি মদু 'মফমদুদা' থুংগনি। মরি-মতা নত্তবা, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা মীওইশিংগীদমক। মতুংদা মসিদা মীয়ামবু হিদাকশিংগী দান পীরবদি, ঔষধদান, অনীসুবদা চানবগী দান পীবা, মতুংদা জ্ঞানদান পীবা অমসুং অভয়দান(অকীবা নত্রগা নুংঙাইতবা পীদবা কনাগুম্বা জীব অমত্তবু মদুগুম্বা শাজৎলোন ওইবা)মদু পুম্বা পীরবদি, মদু ওইরবদি মদু পুন্নমক লাক্কনি। মসিশিং অসিদগী করিগুম্বা খরা পীবরা নত্রগা অসিগুন্না পুন্নমক? চাথোকপরা?

করিগুম্বা লোয়ন্না পুবা য়ারগদি মসিদদি অসিগুম্বসু লৈরি মদুদি লাক্ষ অহুমগী পূদুনা চৎখিনি! লাইবক ফৈদনা! জগত্তি অসিগুম্বনি, মরমদুনা পুবা য়াবা ওইদে, মসি অফবনি।

## মায়াগী খুশিল-থৌরাং

পোকপা মায়ানা তৌহল্লি, লুহোংবসু মায়ানা তৌহল্লি অমসুং শিবসু মায়া তৌহল্লি। পাল্লগসু নত্রগা পামদ্রবসু, তৌইগুম্বসুং নান্থোক্লবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং মসিখক এগ্রিমেন্ট ওই মদুদি মায়াগী শাসন লৈতে। মপু অদোম্নি। হায়বদি অদোমগী অপাম্বগী মতুং ইন্না ওইবনি। মমাঙ মপোক্কী অদোমগী অপাম্বশিংদু, মদুগী হিসাব থোক্লকলি অমসুং মদুগী মতুং ইন্না মায়ানা চলাইবা ওইরি। মতুংদা হৌজিক লাও-খোংলবদি য়ারোইদনা। ঐখোয়না মায়াদা হায়রম্মী মদুদি মসি ঐহাক্কী বেলেন্স শীতনি।

## পুন্সি জেল অমনি!

**ব্রাহং-হংলিবা :** অদোমগী হিসাবতগী পুন্সি করিনো?

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্কী হিসাবতগী পুন্সি, মদু জেলনি, জেল! মখোয় মখল মরীগী জেলশিংনি।

অহান্বদা মীৎয়েংগী জেল। দেব ময়াম্না মীৎয়েংগী জেলদা লৈ। মসি

মীওইবনা অচম্বা জেল্দা লৈরি। শা-ঙানা য়াম্না শুনোম্বগী জেলদা লৈ অমসুং নরক কী জীব পুন্সি-চুপ্পগী জেলদা লৈ।

# পোকপা-মতমদুদগী ক্কলি হোরাই

মসি হকচাংসু মীৎকুপ খুদিং শিরি, তৌইগুম্বসুং মীয়াম্নদি করিসু খঙদে, করিগুম্বা খঙব্রা? তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী মীয়ামদি, ঊগী তংখায় অনী ওইরফাও অমসুং মখাদা তাবা, মতমদুদা হায়গনি, 'ক্কলবো' অরে, মসিদি ক্কলম্মীদনা, মসি হোরাই অসি ক্কলম্মী।

# শিবগী অকীবা

মসিদি লোই-নাইদবা অকীবা ওইবা জগতনি। মীৎকুপ অমখক্কীফাও কীদবা ওইগদৌবা মসি জগত নত্তে অমসুং কীদবা ওইদ্রিবা মখে, মদুখে মদুগী জ্ঞান-মাংবদা লৈ জীব। মীৎ-পাংদুনা তুল্লি, মরমদুনা মসি পুম্বা চৎথরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না হায়নরি মদুদি আত্মা শিবা ওইদে, আত্মাদি হিংদুনা লৈবা ওই।

**দাদাশ্রী :** আত্মা শিবা ওইদে, তৌইগুম্বসুং অদোম্না আত্মাশক্তম ওইদ্রিফাও, মতমদু ফাও অদোম্না কীবা ফাওদুনা লৈবা ওইদনা? শিবগী অকীবা ফাওইদনা? মদুদি হৌজিক হকচাংদা করিগুম্বা অনাবা লৈরগদি, মতমদুদা 'নাম্থোক্লগদ্রা, শিরগদ্রা' অসিগুম্বা অকীবা ওই। হকচাংগী দ্রষ্টি লৈত্রগদি, মদু ওইরগদি মশামক শিবা ওইদে। মসিদি 'ঐ থকনি মসি, মসি ঐনি' অসিগুম্না অদোম্না ১০০% লৈ। অদোম্না 'মসি চন্দুলাল, মদু ঐহাক্নি, অসিগুম্না ১০০% থাজবা ওইদনা?'

# য়মরাজ নত্রগা নিয়মরাজ

মসি হিন্দুস্তানগী লান্না-থাজন্বা পুম্নমক ঐহাক্না লৌথোক্কনি। লৈবাক পুম্বা লান্না-থাজন্বদা পুংমাং-মাংলি। মরমদুনা য়মরাজ মমীং ওইবা কনাগুম্বা লৈত্তে, অসিগুম্না ঐহাক্না গেরেন্টিগা লোয়ন্না হায়গে। মতমদুদা কনাগুম্বনা হংই, 'তৌইগুম্বসুং করি ওইরমগনি? করিগুম্বা অমদি ওইরমগনিদনা? মতম অদুদা ঐহাক্না হায়, 'নিয়মরাজ'নি। মরমদুনা মসি ঐহাক্না য়েংদুনা হায়রি। ঐহাক্না

পাবা অদু হায়বা নত্তে। মসি ঐহাক্কী ডশর্নদগী য়েংদুনা, মসি মীৎশিংদগী নত্তে, ঐহাক্কী ডশর্নদগী, মদুদা য়েংদুনা মসি পুম্বা হায়রিবনি।

# শিবগী মতুংদা করি?

**ৱাহং-হংলিবা :** শিবগী মতুংদা করম্বা মপোক ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** পুন্সি চুপ্পা থবক তৌখিবা মদু, পুন্সি চুপ্পা থবক-থৌরম তৌখিবা, তৌখিবা মসিদা, মদুগী হিসাব শিবা মতমদা থোক্লকই। শিবা মতমদা পুং ১গী মমাঙদা বেলেন্স শীত ইমাংদা লাকই। মসিদা মশাগী হক্কী নত্তবা পুন্নমক লৌখিবা, পৈশা মুনখিবা, নুপীশিং মুনখিবা, হক্কী নত্তবা পুন্নমক লৌখিবা বুদ্ধিদগী, করিগুম্বা মখল অমদগী ওইরবসু মুন্বা ওইরি। মখোয় পুন্নমক্কী মতুংদা শা-ঙাগী মপোক্তা চৎপা ওই অমসুং করিগুম্বা পুন্সি চুপ্পা পুকচেল-চাওবা থল্লগদি মীওইবা মপোক ওইবা ওই। শিবা মতুংদা মখল মরী থক্কী, মপোকশিং ওইবা ওইরি। খুঙ্গং পুম্বগী ফৌথোকশিংবু মৈ থাদোকপা অদু, মশাগী কান্নবগীখক, অসিগুম্না ওইদনা মসিদা? মহাক্লা অরোইবদা নরক মপোক ফঙবা ওই। ফত্তবা তৌরিবা মদুগী মথক্তসু মতেং-পাঙলবদি, অসিগুম্বা মীওই সুপরহয়ুমেন ওইবা ওই, মখোয় মতুংদা দেব(শ্বর্গ) মপোক্তা চৎপা ওই।

# য়োগ উপয়োগতগী মতেং-পাঙবা

পূন্নীং-ৱাহৈ-হকচাং অমসুং আত্মাগী উপয়োক মীয়ামগীদমক তৌ। নহাক্কীদমক তৌরগদি বোকুন (উপাম্বি মমীং) মপোক ফংগনি। মতুংদা চহী ৫০০ ফাওবা অৱাবা ফুগৎতুনা লৈয়ু। মতুংদা নহাক্কী উহৈ মীয়াম্না চাগনি, ঊশিং মৈ-থাগনি। মতুংদা মীয়ামগী মতেংনা নহাক জেল্দা লৈবগুম্না থবক্তা শীজিন্নগনি। মরমদুনা ভগৱান হায় মদুদি নহাক্কী পূন্নীং-ৱাহৈ-হকচাং অমসুং আত্মাগী উপয়োক অতোপ্পগীদমক তৌ। মতুংদা নহাকপু করিগুম্বা অৱাবা লাক্লবদি ঐঙোন্দা হাইয়ু।

# অতোপ্পা কদায়দা চৎপগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা অমুক-হন্না লাক্কদৌবা লৈব্রা?

**দাদাশ্রী :** অতোপ্পা করিগুম্বদা চৎপা ওইদে। মসিদা অদুমক, ঐখোয়গী

নক্কবা-য়ুমথংন্বদা ষনজাও পুল্লি, হুই নক্কনা লৈদনা, ঐখোয়গী খুৎতগী চা-থকই, ঐখোয়গী মাংদা য়েংদুনা লৈ, ঐখোয়বু মশক খঙই, মখোয় ঐখোয়গী মাম্মনি, মখুরা, মনেগী নুপা, পুম্নমক মখোয় অদু, মসিদা মদুমক লৈরি। মরমদুনা ফুগনু মখোয়বু। চাক পীজৌ। অদোমগী নক্কবনি। অদোমবু লেকন্বা কোয়তান-তান্নে, ষণলাবসু লেকপা ওই।

# রিটর্ন টিকেট!

**ৱাহং-হংলিবা :** ষন-ইরোইশিংগী মপোক করিগী মরক্তা ফংলিবনো?

**দাদাশ্রী :** মসিদি মশীং-থীঙমদনা পোকপা, মসি মীয়াম পুম্নমক লাক্লি, মখোয় ষনশিং-ইরোইশিংদগী লাক্লি। অমসুং মসিদগীসু চৎকদৌরি, মদুগী মনুংদগী ১৫% থাদোক্লগা অতোপ্পা পুম্নমক মফমদুগী টিকেট পূদুনা লাক্লি। কনা-কনা মফমদুগী টিকেট পূদুনা লাক্লি? মদুদি পোৎ য়ানশিন্বা তৌবা, মশাগী নত্তববু মুনদুনা লৌবা, মশাগী হক্কী নত্তববু নুংঙাইথোকপা, মশাগী নত্তববু লাক্লগদি, মদুদা শা-ঙাগী মপোক ফঙবা ওইগনি।

# মমাঙগী মপোকশিং কাওবা

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না মমাঙ মপোক্কী নীংশিংবা করিগী লৈত্রিবনো অমসুং করিগুম্বা নীংশিংলগদি করি ওইগনি?

**দাদাশ্রী :** মদু কনানা নীংশিংবা ওইবগে মদুদি মহাক্না শিবা মতমদা খজিক্তং ফাও অৱাবা ওইদবা অমসুং মসিদা অফবা শাজৎলোন-ৱাখল ওইবা ওইরবদি, মদু ওইরগদি মহাক্না নীংশিংবা ওই। মরমদি মমাগী মবুক-মনুংদদি মশীং-থীঙমদ্রবা অৱাবা ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং মসি অৱাবা নত্তনা অতোপ্পসু অৱাবা লৈ শিবা মতমগী অৱাবা, মসি অনীসি ওইবা ওই মরমদুনা মতুংদা মহাক্না জ্ঞান-মাংবা ওই অৱাবনা মরম ওইদুনা, মরমদুনা নীংশিংবা ওইদে।

# অরোইবা মীৎকুপতা পোৎয়োম তাশিল্লু...

চহী ৮০ সুরবা খুরা অমা লৈরম্মী, মহাকপু হোসপীতালদা এডমীত তৌখি। ঐহাক্না থংখি মদুদি মহাক নুমিৎ ২-৪নিদা চৎকদৌবা ওইরি মসিদগী, মদু ওইজরবসু ঐহাকপু হায় মদুদি 'মদুগী চন্দুলালনা ঐবু মসিদা উন্বা লাক্তে।'

ঐহাক্না হায় 'মদুদি চন্দুলালদি লাকখ্রে।' মদুদা হায় 'মদুগী নগীনদাসনা করি?' হায়বদি ফমুংদা হিপতুনা *নোনধ* (ইশিন্বা ওইরি) তৌদুনা লৈ মদুদি কনা-কনা উন্বা লাকপগে। অরে, ইশাগী হকচাংবু য়েংশিল্লুদনা! মসি নুমিৎ ২–৪দদি চৎতৌরে। অহান্বদা নঙ নশাগী ময়োম শেন্নৌ। নহাক্না মসিদগী পুনবগী ময়োমদি তাশিল্লু। মসি নগীনদাস লাক্রুবদি মদুগী করি তৌগনি?

# লাইহৌ হৌবা অমসুং *তপ* (সোরতৎপা)

অহল ওইরবা খুরা অনাবা ওই অমসুং ঐখোয়না ডোক্টরবু কৌবা, পুন্নমক লয়েংবা, মদু ওইরগসু লৈখিদ্রে। মতুংদা অৱাবা উৎপা লৈদনা, মখোয়না আশৱাসন পীবা লাকই। মতুংদা হংই, 'করি ওইখিবগে খুরাবু?' মতমদুদা অদোম্না হায়বা তশেংনমক্কীদি মেলেরিয়াগুম্না মান্বা ওই, তৌইগুম্বসুং মতুংদা ডোক্টরনা হায় মদুদি মসিদি ফলুগুম্বনি!' মখোয়না হংগনি মদুদি করম্বা ডোক্টরবু কৌবগে? অদোম্না হায়গনি 'মহাকপু'। মতমদুদা হায়গনি, 'অদোমদা কোক লৈতব্রা। মদুগী ডোক্টর অদুবু কৌবগী মথৌ তাবরা।' মতুংদা অনীসুবা লাক্তুনা অদোমবু চৈগনি, 'অসিগুম্না তৌগদবনিদনা! অসিগুম্বা কোক লৈতবা ৱাফম ঙাংলি?' হায়বদি নুমিৎ চুপ্পা মীয়াম হন্না-হন্না ঙাংদুনা লৈ! হায়বদি মসি মীয়ামদি ওন্না-তৈন্না কোক্ত-কাদুনা ফমলি, অদোমগী অচম্বগী কান্নবা লৌবা ওই। মরমদুনা ঐহাক্না অদোমবু খঙহনগে মদুদি মীয়াম্না মথংগী নুমিৎতা হংবা লাক্লবদি অদোম্না করি হায়গদবগে হায়বদা 'ইবুংঙো, খুরাদি লাইহৌ খরা হৌবা অমসুং সোরতৎখ্রে, অতোপ্পা করিসু তৌবা ওইখিদে।' মাংদা হংলিবা মদুখক পাওখুম। ঐখোয়না খঙগদবনি মদুদি মমুত্তনা হায়ন্বা তৌরগদি অৱাবা ওইগনি। মদুগী মহুত্তা, নুমিদাংদা লাইহৌ হৌবা অমসুং অয়ুংক্ত সোরতৎখ্রে, হায়রগদি মতুংদা করিগুম্বা অৱাবা ওইদেদনা!

# ইমুংগী মীওইগী অরোইবা মতমদা ঙাকশেন্বা

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা ইমুংগী মীওইগী অরোইবা মতম নকশিল্লক্লবদি মহাক্কী মথক্তা নক্লনা লৈমিন্নরিবা মরি-মতাশিংগী শাজৎলোন করম তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বগী অরোইবা মতম নকশিন্না লাক্লবদি, মহাকপু য়াম্না

ফজনা ঙাকশেনগদবনি। মখোয়গী ৱাফম খুদিংমক য়েংশিনগদবনি। মহাকপু নুংঙাইতবা তৌরোইদবনি। পুন্নমক্কা মহাকপু নুংঙাইনা থমগদবনি অমসুং মহাক্কা ওন্না-তৈন্না ঙাংলবসু অদোম্না লৌগদবনি মদুদি 'অদোম চুম্মী!' মহাক্কা হায়রবদি, 'শঙ্গোম পুরকউ' মতমদুদা খুদক্তা শঙ্গোম পুরক্তুনা পীয়ু। মতমদুদা মহাক্কা হায়বা 'মসিদি ইশিং য়াম্বনি, অতোপ্পা পুরকউ!' মতমদুদা খুদক্তা অতোপ্পা শঙ্গোম লোনদুনা পুরকপা। মতুংদা হায়য়ু মদুদি 'মসি অশেংবা-অফবনি।' তৌইগুম্বসুং মহাকপু নুংঙাইগদৌবা মদুগুম্না তৌগদবনি, অসিগুম্বা পুন্নমক ঙাংগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি মদুদা অচুম-অরানগী চয়েৎন্বা তৌরোইদবনি?

**দাদাশ্রী :** মসিদা অচুম-অরানদি মসি মালেম অসি লৈবা ওইদে। মহাক্কা পামবা ওইরবদি লোইরে, মদুগী মতুং-ইন্না পুন্নমক তৌদুনা লৈয়ু। মহাক্কা নুংঙাইন্বা মদুগুম্না শাজৎলোন তৌ। অঙাংমচাগা লোয়ন্না ঐখোয়না করম্বা মখলগী শাজৎলোন তৌবগে? অঙাংনা লিক্লিগী গ্লাস থুগায়রবদি ঐখোয়না মহাকপু চৈব্রা? চহী অনীগী অঙাং ওইবা, মঙোন্দা করিগুম্বা খরা হায়ব্রা মদুদি করিগী থুগায়রিবনো নত্রগা অসিগুম্না-মদুগুম্না? অঙাংগা লোয়ন্না ব্যবহার তৌরি, মদুগুম্না মহাক্কা লোয়ন্না ব্যবহার তৌগদবনি।

# অরোইবা পুংফমদা ধর্মধ্যান

**ৱাহং-হংলিবা :** অরোইবা পুংফমদা কনাগুম্বা লামাশিং খরানা করিগুম্বা থৌরমশিং তৌহল্লম্মী। শিরমদাইদা ফমুংদা মীওইবনা লৈরিঙৈদা, মদুদা তিব্বতকী লামাশিংনা, অসিগুম্না হায়নৈ মদুদি মখোয়না মহাক্কী আত্মাদা হায় মদুদি নহাক্কা মসিগুম্না চৎলু। নত্রগা ঐখোয়গীদা গীতা-পাঠ তৌহল্লি, নত্রগা ঐখোয়গীদা করিগুম্বা অফবা শ্বদ খরা মহাকপু তাহল্লি। মদুনা মঙোন্দা অরোইবা পুংফমদা ইফেক্টিপ ওইব্রা মদু?

**দাদাশ্রী :** করিসু ওইদে। থা ১২গী একাউন্ট বোইদা অদোম্না ইদনা, মদুদা ধনতেরস(মেরাগী ২৮নি পান্বা)মতমদগী নহাক্কা য়াম্না ৱানা প্রোফিত তান্বা অমসুং লোস(মাংবা)অদু লৌথোক্লগদি য়াগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে য়ারোই।

**দাদাশ্রী :** করিগী মদুগুম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি চহী চুপ্পগী ওইনা লাকইদনা!

**দাদাশ্রী :** মতৌ অসুন্না মদু পুন্সি চুপ্পগী বেলেন্স শীত লাকই। মসিদি, মীয়াম অপঙ শিরি। মীয়ামশিংবু অপঙ শেমলি।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজি, মীওইবগী অরোইবা পুংফম ওইবা, জ্ঞানতাবা ওইবা, হৌজিক মদুগী মতমদুদা কনাগুম্বনা মঙোন্দা গীতাগী পাঠ তাহল্লবদি নত্রগা অতোপ্পা শাস্ত্রগী ৱাফম তাহল্লবদি, মহাক্কী মনা-কোংদা করিগুম্বা থরা হায়রবদি...

**দাদাশ্রী :** মহাক মশামক্কা হায়বা ওইরগদি, মহাক্কী অপাম্বা ওইরগদি তাহনগদবনি।

## মর্সি কিলিং

**ৱাহং-হংলিবা :** থাংবা ঙমদবা অনাবা থাংলগদি মহাকপু অনাবদু থাঙহনগদ্রা, অমসুং করিগুম্বা মহাকপু হাৎলগদি মতুংদা মহাক্কী মথংগী মপোক্তা অনাবা থাঙগদবদু লেমদুনা লৈহৌগদ্রা, মসি ৱাফম অসি চুমদবা মাল্লি। মহাক্কা থাংবা ঙমদবা অনাবা থাঙবা ওইরগদি মদুগী অরোইবা পুরকপা মথৌ তাই, মদুদা করি লানবগে?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না কনাগুম্বা অমত্তবু অধিকার লৈতে। ঐখোয়না লায়েংনবগী অধিকার লৈ, সেবা তৌন্নবগী অধিকার লৈ, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমবু হাৎন্নবগী অধিকারদি লৈতে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদা ঐখোয়গী করি অফবা ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি হাৎপদগী করি অফবা ওইবগে? অদোম্না মদুগী অনাবা থাঙলিবা অদুবু হাৎতোক্লবদি অদোমগী মীওইবা ওইনা পোক্কদৌবগী হক অদু মাংবা ওই অমসুং মদুগী মওং অদু মীওইবা ওইবগী সিদ্ধান্তগী মপান্দনি, মীওইবা ওইবগী ময়োক্তনি।

## লোয়নবা, মোঙফম ফাওবা থক

মসি মোন অসি, মদুগী মোনখুম অদু হোংদুনা লৈ তৌইগুম্বসুং মোনদি হান্নগীগুম হান্না। মোনখুম শেগায়বা ওই অমসুং হোংদুনা লৈ, মদুগুম্না মসি

মোনখুম অসিসু হোংদুনা লৈ।

মসি নত্তনদি মসি জগত *পোলমপোল*( হোট্রোং হোবা)। মদু ওইরবসু ব্যবহারদগী ঙাংদবা ওইরগদি মাংদা লৈরিবা অদুগী পূক্লীংবু অৱাবা ওইগনি। তৌইগুম্বসুং মোঙফমদা লোয়ন্না চৎতুনা মদুদা মৈদা কনাগুম্বনা তাশিন্দে। য়ুমগী মীওই পুন্নমক্লা অমুক হন্না হল্লকই। পুন্নমক খঙবা-জ্ঞান্তাবা ঙাক্তনি। মহাক্কী মমা ওইরবসু, মহাকসু কপ্পা-কপ্পা অমুক হন্না হল্লকই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতুংদা মহাক্কী মমীংদা থবাক্ত য়ৈ মদুদি মতুংদা করিসু থল্লমদনা চৎখি, অমসুং লুপা লাক্ষ অনী থল্লমলগদি, করিসু ঙাংদে।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসুন্না। মসিদদি থল্লমদবগী মদুগী কপ্পলি মদুদি ‘শিবা চৎখ্রে অমসুং হাৎতুনা চৎখ্রে’ অসিগুম্নসু নুংদা ঙাংই! ‘করিগুম্বা অমত্তা থল্লমদে অমসুং ঐখোয়বু হাৎতুনা চৎখি!’ হৌজিক মহাক্লা থনমদে, মদুদা মদু নুপীদুগী মরাইবক লৈতবা মরমদুনা থনমদে। তৌইগুম্বসুং শিরিবা মীওইদুগী তাথীনা ঙাংবা চান্বগী ইরম্মী, মরমদুনা চারিদনা! অসুক-অসুক য়াম্না ঙাংবা ওই!

ঐখোয়গী মীয়াম্না মোঙফম চৎলগদি, মখোয় অমুক-হন্না হল্লক্তেদনা, নত্রগা পুন্নমক অমুক-হন্না হল্লকপ্রা? হায়বদি মসিদি মখল অমগী মায়-চোপ্পনি। কপ্লগসু অৱাবা অমসুং কপত্রগসু অৱাবা। য়াম্না কপ্লগদি, মীয়াম্না হায়গনি মদুদি ‘অতোপ্পা মীশিংগীদা শিদব্রা, অসুক য়াম্না কপ্লিববু? করম্বা, কোক-চাকপ্রা নত্রগা করিনো?’ অমসুং কপত্রগদি, মদুদা হায়গনি ‘অদোম নুংগুম্বনি, থম্মোয় নুংগুম্বনি অদোমগী!’ হায়বদি করম্বা মায়গৈদা চৎপা মদুনি অৱাবা! পুন্নমক নোর্মেল অৱস্থা মদুগুম্না ওইগদবনি, অসিগুম্না হায়গনি।

মদুদা মোঙফমদা মৈ থাদোক্কনি অমসুং লোয়ন্না নক্লবা হোতেলদা ফমদুনা চা-তলসু চাগনি, অসিগুম্না চাইদনা মীয়াম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** চান্বা পুদুনা চৎলিদনা!

**দাদাশ্রী :** মদুগুম্না! করি ৱানো মদুদি?! হায়বদি মসিগুম্বনি মসি জগত্তি পুন্নমক! অসিগুম্বা জগত্ত করম্না মহাও লাক্কনি ?

‘লাকপা-চৎপগী’ মরি থম্মী, তৌইগুম্বসুং কোকথক্তা লৌদে। অদোম্না লৌব্রা কোকথক্তা হৌজিক? কোকথক্তা লৌব্রা? লোয়ন্বীগী নত্রগা কনাগুম্বা

অমত্তগী লৌদে?

**ৱাহং-হংলিবা :** লৌদে।

**দাদাশ্রী :** করি ৱানো হায়রিসিবো?! অমসুং মখোয়দি লোয়ন্বীবু থংন্বদা থমদুনা ফমহন্দুনা লৈরি। হায়গনি মদুদি নহাক য়াওদনদি ঐহাক্না নুংঙাইবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং মোঙফমদা কনাগুম্বা অমত্তা লোয়ন্না লাক্তে। লাকপ্রা কনাগুম্বা?

## শিবগী তিথিগী মতমদা

**ৱাহং-হংলিবা :** ইমুং-মনুংদা কনাগুম্বগী তিথি লাক্লবদি, মদু ওইরগদি মদুগী নুমিত্তুদা ইমুংগী মীশিংনা করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** ভগৱানদা প্রার্থনা তৌগদবনি মদুদি মহাক্কী অফবা ওইয়ু।

## মতুংদা লৈফম ফঙবা ওইদে!

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মীওই শিখ্রবা ওইবা, মদু ওইরবদি ঐখোয়না থংবা পামলগদি মদুদি মদুগী মীওই হৌজিক কদায়দা লৈবগে, মদু ওইরগদি মদু করম্না খঙগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদি করিগুম্বা জ্ঞান য়াওদনদি উবা ঙমদেদনা! করিগুম্বা অহেন্বা জ্ঞান দরকার ওই মদুগীদমক। অমসুং থংদুনসু মদুগী করিসু অর্থ লৈতে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না ভাৱনা তৌরগদি শুংশোয়-শোয়দনা য়ৌগনি ভাৱনা। ঐখোয়না নীংশিংবা, ভাৱনা তৌরগদি য়ৌবা ওই। মদুদি, জ্ঞান য়াওদনদি অতোপ্পা করিগুম্বা খঙবা ঙমদেদনা!

নহাক্না করম্বা মীওইগী লৈফম খঙগদৌবগে? কনাগুম্বা চৎখিব্রা নহাক্কী ইমুং-মনুং?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী পোকমিন্নবা ইবুং হৌজিক এক্সপায়র ওইখ্রে?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরবদি মহাক্না নহাকপু নীংশিংদে অমসুং নহাক্না নীংশিংদুনা লৈরি? মসি এক্সপায়র ওইবা, মদুগী অর্থ করিনো, খঙবা ঙমব্রা? বোইদা ইবা হিসাব অদু লোইবা, মদু। মরমদুনা ঐখোয়না করি তৌগদবগে? ঐখোয়না য়াম্না নীংশিংবা ওইরবদি মহাকপু, মদু ওইরবদি বিতারাগ ভগৱানদা

হায়য়ু মদুদি মহাকপু শান্তী পীবিয়ু। নীংশিংলি, মরমদুনা মহাকপু শান্তী ফংন্বা অসিগুম্না হায়য়ু। অতোপ্পা করিবু ঐখোয়দগী তৌবা ঙমবগে?

# অল্লাহগী অমানত (খুদোলপোৎ)

অদোম্না হংনিংবদু হংউ, অল্লাহগী মফমদুদা য়ৌবদা করিগুম্বা অথিংবা লাকপশিংদু, মদু ঐঙোন্দা হংউ, মদু ঐহাক্না অদোমগী চমম্নবা লৈহল্লোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী ইচানুপা এক্সিদেন্টদা শিবা ওইরি, মদু ওইরগদি মদুগী এক্সিদেন্টদুগী মরম করি ওইগনি?

**দাদাশ্রী :** মসি সংসারদা মীৎতগী উরিবা পুম্নমক, নাদগী তাবা ওইবা, মদু পুম্বা 'রিলেটীব করেক্ট' (ব্যবহার অচুম্বনি) নি,...১০০% অচুম্বা নত্তে মদুগী ৱাফম! মসি হকচাং অসিসু ঐখোয়গী নত্তে, মদু ওইরগদি ইচানুপা ঐখোয়গী করম্না ওইগনি? মসিদি ব্যবহারদগী, মীয়ামগী-ব্যবহারদগী ইশাগী ইচানুপানি হায়না লৌরি, তশেংবদদি, মহাক ঐখোয়গী ইচানুপা ওইবা ওইদে। তশেংবদদি মসি হকচাং অসিসু ঐখোয়গী নত্তে। মরমদুনা ঐখোয়গী ইনাক্তা লৈবা মদুখৈ ঐখোয়গী অমসুং অতোপ্পা পুম্নমক ঐখোয়গী নত্তবা! মরমদুনা মচানুপাবু ইশাগী ইচানুপানি খন্দুনা লৈরি, মদু ওইরগদি উপধি ওইগনি অমসুং অশান্তী লৈগনি! মদুগী মচানুপা হৌজিক চৎখ্রে, খুদাগী অসিগুম্বা অপাম্বনি, মদু ওইরগদি মদুবু হৌজিক 'লেট গো' তৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি ফৈ, অললাহগী অমানত ঐখোয়গী নাক্ত লৈরম্বা, মদু লৌরি!

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুখক্তি। মসি লৈকোল পুম্নমক অললাহ গীনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মতৌ অসুম্না মহাক্কী শিবা ওইরিবা, মদু মহাক্কী কুকর্ম ওইগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, নুপামচা অদুগীসু কুকর্ম অমসুং অদোমগীসু কুকর্ম, অফবা কর্ম ওইরগদি, মদু ওইরগদি মদুগী মহুৎ অফবা ওই।

# য়ৌই ভাৱ থক্তগী বাইব্রেসন

অঙাং শিরবা মতুংদা, মহাক্কী মতুংদা মহাক্কী চীন্তা তৌবদগী মহাকপু

অৱাবা ওইরি। ঐখোয়গী মীয়াম্না অজ্ঞানগী মরম্না অসিগুম্বা পুন্নমক অসি তৌরি। মরমদুনা অদোমবু ওইরিবা মদুমক খঙদুনা, শান্তীগা লোয়ন্না লৈগদবনি। কান্নদবদা কোক-য়ৈরগদি, মদুগী অর্থ করিনো? মফম পুন্নমক্তা, কনাগুম্বা অসিগুম্বা লৈতে মদুদি মখোয়গী অঙাং শিদবা! মসিদি সংসারগী মমাঙ-মপোক্কী মরিনি, হিসাব লৌবা-পীবনি। ঐহাক্কীসু ইচানুপা-ইচানুপী লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মখোয় শিখরে। গেস্ট লাকই, মদুগী গেস্ট অদু চৎখ্রে। মদু ঐখোয়গী পোৎ কদায়দা ওইবগে? ঐখোয়সু চৎলোইদ্রনে? ঐখোয়সু চৎকনি মফমদুদা, মসি করিগী হায়-হুল্লিবা মতুংদা? মরমদুনা হিংলিবদু, মখোয়বু শান্তী পীয়ু। চৎখ্রবা অদুদি চৎখ্রে, মহাকপু নীংশিংবা তোক্লো। মসিদা হিংলিবা, ইথা-পোল্লিবশিংদু মখোয়বু শান্তী পীয়ু, মদুমখৈ ঐখোয়গী থৌদাং। মসিদি চৎখ্রবা অদুবু নীংশিংবা ওইরি অমসুং মখোয়বু শান্তী পীবা ঙমদে। মদু করম্বা? হায়বদি থৌদাং পুম্বা হিক্তোংলি। অদোম্না অসিগুম্না মানব্রা? চৎখ্রবা অদুদি চৎখ্রে। ফুরিৎ-খাওদগী লুপা লাক্ষ তাহৌরবদি অমসুং মতুংদা অমুক-হন্না ফংদ্রবদি ঐখোয়না করি তৌবা মথৌ তাবগে? কোক থুগায়গদ্রা?

ঐখোয়গী থুৎকী মশান্না নত্তে মসি অমসুং তোল্লবা মহাকপু মফমদুদা অৱাবা ওই। ঐখোয়না মসিদা অৱাবা ওই, মদুগী ইফেক্ট মহাক্কা মফমদুদা য়ৌবা ওই। মদু ওইরগদি মহাকপুসু নুংঙাইহন্বা ওইহনদে অমসুং ঐখোয়সু নুংঙাইবা ওইদে। মরমদুনা শাস্ত্রি ইবশিংনা হায়রি মদুদি ‘চৎখ্রবা মতুংদা অৱাবা তৌগনু।’ মরমদুনা ঐখোয়গী মীয়াম্না করি তৌবগে মদুদি ‘গরুড় পুরান ফমহল্লু, মদুবু ফমহল্লু, পুজা তৌ, অমসুং পূক্নীংদগী লৌখোকখ্রো।’ অদোম্না করিগুম্বা অসিগুম্বা খরা ফমহনব্রা? মদু ওইরগসু কাওখ্রেদনা, নৎত্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মদু কাওবা ঙমদে। মপা-মচাগী মরক্তা ব্যবহার য়াম্না ফজনা চৎলম্মী। মরমদুনা মদু কাওবা ঙমবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** হোয়, কাওবা ঙম্বা মদুগুম্বা নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না কাওদ্রগদি মদুগী ঐখোয়না অৱাবা ওই অমসুং মহাকপু মফমদুদা অৱাবা ওই। মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী পূক্নীংদা মহাক্কীদমক অৱাবা তৌবা, মদু মপা অমা ওইনা ঐখোয়গীদমক থবক্কী নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাক্কা মতৌ করম অৱাবা ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়না মসিদা অৱাবা ওইবা, মদুগী ইফেক্ট মদুদা য়ৌদনদি তোক্লোই। মসি জগত অসিদদি পুম্নমক ফোনগুম্বনি, টেলিবিজনগুম্বনি মসি সংসার! অমসুং ঐখোয়না মসিদা উপধি ওইরগদি মহাক্না অমুক-হন্না লাক্কদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** লাক্লোই।

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা লক্ষ্মী অমদগী ওইরবসু লাক্লরোই?

**ৱাহং-হংলিবা :** লাক্লোই!

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি অৱাবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মহাকপু য়ৌই অমসুং মহাক্কী মমীংদা ঐখোয়না ধর্ম ভক্তি তৌবা, মদু ওইরগসু মহাক্না ঐখোয়গী ভাৱনা য়ৌবা ওই অমসুং মহাকপু ঈংথবা ওই। মহাকপু শান্তী য়ৌন্নবগী ৱাফম অদোম্না করম্না মান্বগে? অমসুং মহাকপু শান্তী ফংন্বা মসি অদোমগী থৌদাংনিদনা? মরমদুনা অসিগুম্বা খরা তৌবিয়ু মদুদি মহাক্না নুংঙাইবা ওইন্বা। নুমিৎ অমা স্কুলগী অঙাংশিংবু অথুম-অহাও খরা পীজবীয়ু, অসিগুম্বা খরা তৌ।

মরমদুনা করিগুম্বা অদোমগী ইচানুপাবু নীংশিংলবদি, মতমদুদা মহাক্কী আত্মাগী য়াইফবা ওইসনু অসিগুম্না হায়য়ু। ‘ক্রুপালুদেব’কী মমীং লৌরগসু, ‘দাদা ভগৱান’ হায়রগসু থবক ওইগনি। মরমদি ‘দাদা ভগৱান’ অমসুং ‘ক্রুপালুদেব’ আত্মা শক্তমদগী অমা থক্তনি। হকচাংদগী তোঙান্না উই, মীৎতগী তোঙান্না উই, তৌইগুম্বসুং পোৎতী অমথক্নি। হায়বদি মহাবীর ভগৱানগী মমীং লৌরগসু ৱাফম অমথক্নি। মহাক্কী আত্মাগী য়াইফনবা মদুখক ঐখোয়না মতমচুপ্পদা ভাৱনা তৌগদবনি। ঐখোয়না মহাক্না লোয়ন্না মতমচুপ্পদা লৈবা, লোয়ন্না চামীন্নবা-থকমিন্নবা, মরমদুনা মহাক্কী য়াইফবা করম্না ওইগনি অসিগুম্বা ভাৱনা তৌগদবনি। ঐখোয়না অতোপ্পশিংগীদমক অফবা ভাৱনা তৌরি, মদু ওইরগদি মসিদি ঐখোয়গী ইশাগী মীওইগীদমক করিগী তৌরোইদৌবা?

## কপ্লি, মশাগীদমক নত্রগা চৎথিবা মীওইগীদমক?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী মীয়াম্না মমাঙ-মপোক্কী জ্ঞান লৈ, মদু ওইরগসু য়ুমদা কনাগুম্বনা শিরবদি, মদুগী মতমদুদা ঐখোয়গী মীয়াম্না করিগী কপলিবনো?

**দাদাশ্রী :** মখোয়দি মশা-মশাগী কাল্লবগীদমক কপ্লি। য়াম্না নক্কবা মরিমত্তা ওইরবদি, মদু ওইরবদি মহাক্না তশেংনা কপ্পী, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা পুম্নমক তশেংনা কপ্লিবদু, মখোয়দি মশাগী মরি-মতাবু নীংশিংদুনা কপ্লি। মসিসু অঙকপনিদনা! মখোয়না হৌখ্রবা মতমবু হৌজিক মতমদা পুরকপা ওইরি। মসি ইন্ডিয়নশিংসু ইতোপ-তোপ্পীদনা! হৌখ্রবা মতমবু হৌজিক মতমদা পুরকই অমসুং মদুগী প্রয়োক ঐখোয়বু উৎলি!

# মহৈ কা-হেন্না নুংঙাইতবা তৌবগী

মসিদা য়াম্না নুংঙাইতবা তৌরগদি ‘কল্প’(কল চকক্র)গী অরোইবা ফাওবা কোয়চৎ-চৎপা ওই, কল্প অমগী মপুংফাবা অরোইবা ফাওবা কোয়চৎ-চৎপা ওই মসিদি।

# মদু ‘লিকেজ’ তৌদে

**ৱাহং-হংলিবা :** নরসিং মেহতা, মহাক্কী নুপীগী শিবা মতমদা *‘ভলু থয়ু ভাংগী জনজাল’* (য়াইফবা ওইরে নান্থোক্লে চয়েৎন্বদগী)ঙাংবা ওইরম্মী, মদু করি হায়গনি?

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মহাক্না থৌশাদবা শাগৎলোন্দা হায়রম্মী মদুদি *‘ভলু থয়ু ভাংগী জনজাল।’* মসি ৱাফম পূক্নীংদা থমগদবা ওই মদুদি ‘চয়েৎন্বদগী নান্থোক্লে।’ মদু পূক্নীংদগী ‘লীকেজ’ তৌরোইদবনি। তৌইগুম্বসুং মসিদদি পূক্নীংদগী ‘লীকেজ’ ওইদুনা মপানদা থোক্লক্লি। পূক্নীংদা থমগদবা পোৎ মপানদা ঙাংলবদি, মদু ওইরবদি মহাক থৌশাদবা মীওই কৌগনি।

# জ্ঞান্নী ওই য়াম্না *বিবেক* (মফম মতম খঙবা) ওইবা

অমসুং ‘জ্ঞান্নী’দি থৌশাদবা ওইদে। জ্ঞান্নী য়াম্না খঙ-হৈবা ওইবা ওই। পূক্নীংদা পুম্নমক ফাওবা ওই মদুদি ‘য়াইফবা ওইরে নান্থোক্লে চয়েৎন্বদগী’ তৌইগুম্বসুং মপান্দা করি হায়বগে? অরে, য়াম্না নুংঙাইতবা ওই। মসিদি ঐহাক ইতোম্তা হৌজিক করি তৌগনি?! অসিগুম্নসু হায়রি। নাতক তৌই। মসি জগত্তি মশামক নাতকনি। মরমদুনা মনুংদা খঙঙু মদুদি ‘য়াইফরে নান্থোক্লে চয়েৎন্বদগী’ তৌইগুম্বসুং বিবেক্তা লৈগদবনি। ‘য়াইফবা ওইরে নান্থোক্লে চয়েৎন্বদগী, নুংঙাইনা

ভজন তৌগনি শ্রীগোপাল' অসিগুম্না ঙাংলোইদবনি। অসিগুম্বা অবিবেক্তি কনাগুম্বা মপানগী মীওইনসু তৌদে। য়েক্কবা ওইরবসু, মদু ওইরবসু বিবেক্কা লোয়ন্না ফম্মী, মমায় অৱাবা মায়থোংগা লোয়ন্না ফম্মী! ঐহাক্না অৱাবা নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা ফাওদে, মদু ওইজরগসু বাথরুমদা চৎতুনা ঈশিং চাইশিন্দুনা, লাক্তুনা শান্তী লৈনা ফম্মী। মসি এক্তিংনি। ডী ৱলর্ড ইজ ডী দ্রামা ইটসেল্ফ, (সংসার মশা-মতোম্তা নাতক অমনি) অদোম্না নাতক থক্ত তৌগদবনি থালি, এক্তিং থক্ত তৌগদবনি, তৌইগুম্বসুং এক্তিং 'সিন্সিয়রলী' তৌগদবনি।

# জীবনা কোয়চৎ-চৎলি নুমিৎ ১৩?

**ৱাহং-হংলিবা :** শিরবা মতুংদা নুমিৎ ১৩গী রেস্টহাওস লৈব্রা, অসিগুম্না হায়ন্বা ওই?

**দাদাশ্রী :** নুমিৎ ১৩গীদি মসি ব্রাহ্মণশিংগী ওইবা ওই। শিরিবা মীওইদুনা করি? মদুগী ব্রাহ্মণ অদুনা অসুম্না হায় মদুদি রেস্টহাওস লৈ। মসি য়ুম অসিগী মথক্তা ফমদুনা লৈগনি, খুবীগুম্না চাওনা, অমসুং য়েংদুনা লৈগনি। অরে, অপঙ, য়েংদুনা করিগী লৈরিবনো? তৌইগুম্বসুং য়েংউদনা মহাক্কী চয়েৎন্বা, য়েংউ চয়েৎন্বা! খুদোম্বি থক্ত চাওই, হায়রি, অমসুং য়ুমথক্ত ফমদুনা লৈ। অমসুং ঐখোয়গী মীয়াম অচুম্বা ওইনা থল্লি, অমসুং অসিগুম্বা অশেংবা অসি লৌদ্রগদি, সোরাত তৌরোই মসি মীয়াম্না। নত্রগদি মসি মীয়াম্না সোরাত অসিনচীংবা করিগুম্বা অমত্তা তৌরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** গরুড় পুরাণদা ইরি মদুদি খুবিদৌনা চাওবা আত্মনি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুগী মমীংনি গরুড় পুরাণ নিদনা! পুরাণা (অরিবা) কৌই। খুবিদৌনা চাওবা আত্মা, মরমদুনা ফঙবা ওইদেদনা, অমসুং প্রগতি ওইবা ওইদে! য়াইফবা ওইদে। এবরী ডে ফ্রায়ডে! তৌন্বা হোৎনথি সাইন্টিফিক, পানদম সাইন্টিফিক্লি, তৌইগুম্বসুং থিংকিঙ্গ পুন্নমক শোয়রে। মসি মীয়াম্না মদুগী মমীংদা থবকশিং পাংথোক্লি অমসুং থবকশিং তৌদ্রিঙৈ মমাঙদা ব্রাহ্মণশিংবু দান পীরম্মী। অমসুং মতমদুদা দান তৌবদা মতিক-চাবা ব্রাহ্মণ লৈরম্মী। মদু ওইরগদি ব্রাহ্মণবু দান পীরবদি মদুদা পুণ্য ফঙবা ওইরম্মী। হৌজিক্তি মসি পুন্নমক ইকায়নিংঙাই ওইরে। ব্রাহ্মণ মসিদগী ফমুং পুই, মদুগী য়োন্নবা হান্নদগী তৌবা

ওই মদুদি লুপা ২২দা ঐহাক্না নহাকপু পীগনি। মোমপাক্কী য়োন্নবা তৌরি, মোমপাক ফীগী য়োন্নবা তৌরি। ঐখোয়না অতোপ্পা পুন্নমক পীবা ওই, ফীরোলগী মপোৎ অসিনচীংবা পুন্নমক, মদুসু য়োন্বা ওইরি। অসিগুম্বা আম্বাবু য়ৌগদ্রা, অসিগুম্বা করম্না লৌরিবনো খঙদে মীয়াম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী হৌজিক্তি মীওই কয়ানা অসিগুম্না হায় মদুদি ব্রাহ্মণশিংবু হায়গনি মদুদি নহাক্না পুন্নমক পুদুনা লাকউ অমসুং অচংবা পৈশা অদুখৈ পীগনি।

**দাদাশ্রী :** মদুদি ঙসিদগী নত্তে, চহী কয়াদগী তৌরিবনি। অচংবা পৈশা অদুখৈ পীগনি, নহাক্না পুরকউ। অমসুং মহাক্না অতোপ্পনা পীরকপা ফমুং ওই মদু পুরকপা ওইরি! হায়যু হৌজিক! মদু ওইজরবসু মীয়াম্না থাজদে, মদু ওইজরবসু গাড়ীদি অদুম চৎতুনা লৈ। জৈনদি অসিগুম্না তৌদে। জৈনদি য়াম্না শিংবা ওই, অসিগুম্বা-মসিগুম্বা অসি তৌদে। অসিগুম্বা-মসিগুম্বা অসি লৈতে। মসিদগী আম্বা নাম্হোল্লি, মদু ওইরগদি চপ-তিংনা মহাক্কী মপোক অদুদা চৎলি, য়োনি ফঙবা ওই।

# শিরিদুনা লৈতে করিগুম্বা মরি

**ৱাহং-হংলিবা :** শিরিবগী মতুংদা করিগুম্বা ভজন-কীর্তন তৌবা নত্রগা তৌরোইদ্রা? মদুদগী করি কান্নবগে?

**দাদাশ্রী :** শিরিবদুগা করিসু মরি লৈনদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মসি ঐখোয়গী ধর্মগী বিধিশিং লৈরিদনা, শিবগী মতমদা পাংথোকপা বিধি পুন্নমকশিংদু, মদু অচুমব্রা নত্রগা চুমদব্রা?

**দাদাশ্রী :** মসিদা ময়েক অমত্তফাও অচুম্বা ওইদে। মসিদি মহাক চৎখ্রে, হায়বদি চৎখ্রে। মীয়াম্না মশামক্না তৌবা ওইরি অমসুং করিগুম্বা অসিগুম্না হায়রবদি নশাগীদমক তৌ! মতমদুদা হায়, 'নত্তে ইবুংঙো, মীৎকুপ অমত্তফাওবা হাংদে।' করিগুম্বা মপাবুংগী তৌন্নবা হায়রবদি, মতমদুদসু তৌরোইদবা মদুগুম্বনি মসি। তৌইগুম্বসুং য়ুমথংন্বনা হায়, 'অরে অপঙ, নহাক্কী নপাগী তৌ, নহাক্কী নপাগী তৌ!' মদুদি য়ুমথংন্বনা ফুদুনা-য়ৈদুনা তৌহল্লি!

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি মসি গরুড় পুরাণ ফমলিবসি, মদু করিনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদি গরুড় পুরাণদি, মখোয়না কপতুনা লৈদনা, মখোয় গরুড় পুরাণদা(ৱারি তাবা) চৎলি, হায়বদি মতুংদা শান্তী ফংন্বগী লম্বী পুম্বনি মসি।

## মদু পুম্বা ৱা-ৱাগীদমক

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি শিরবগী মতুংদা নুমিৎ ১২নি তৌই, ১৩নি তৌই, কোনশিং য়েল্লি, চাক-চানবা থম্মী, মদুগী মরু ওইবা কয়াম্না লৈবগে?

**দাদাশ্রী :** মদু দরকার ওইবা পোৎ নত্তে। মদুদি মতুংদা ৱা-ৱাগীদমক তৌবা ওইরি। অমসুং করিগুম্বা থর্চ তৌদ্রগদি, মদু ওইরগদি মীহৌবা ওইদুনা লৈগনি, লুপা লিশিং ২০০০ পীরবদি চাবা-থকপা তৌদে অমসুং লুপা লিশিং ২০০০গী মতুংদা পৈশা তুংন্বা হোৎন্দুনা লৈ। মরমদুনা অসুগুম্না থর্চ তৌরগদি মতুংদা পূক্নীং শেংবা ওই অমসুং মীহৌবা হেঙ্গত্তে। তৌইগুম্বসুং মদু দরকার ওইবা পোৎ নত্তে। ঐখোয়গী নাক্তা লৈরগদি তৌ, নত্রগদি করিসু কায়দে।

## তর্পনগী অশেংবা থঙবা

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি তর্পনদা লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিংবু কৌবা ওই, মদু য়াব্রা? মদুগী মতমদুদা তর্পন কৎলিবদুদা লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং লাকপ্রা? অমসুং কনাগুম্ববু চাকপীজৈ, মদুনা করিনো?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, করিগুম্বা মচাগা মরি লৈন্বা ওইরবদি লাক্কনি। অফবা মরি লোইবা ওই, মতমদুদা হকচাং থাদোকপা ওই। করিগুম্বা মখলগী য়ুমগী মীওইশিংগা মরি লৈত্রগদি, মরমদুনা মসি হকচাং অসি থাদোকপা ওই। মতুংদা কনাগুম্বা অমত্তগা উনদে। মতুংদা অনৌবা মরি পুন্বা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মতুংদা পোকপা ওই মফমদুদা, মসি নত্তনদি কনাগুম্বা লাকপা-তৌবা ওইদে। লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং কনাবু কৌবগে? মচাবু হায়গদ্রা নত্রগা মপাবু হায়গদ্রা? মচা লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং ওইগদৌরি অমসুং মপাসু লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং ওইগদৌরি অমসুং মপুসু লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং ওইগদৌরি,

কনাবু হায়গনি লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিং?

**ৱাহং-হংলিবা :** নীংশিংন্বগীদমক মসি থবক-থৌরমশিং থল্লি, অসিগুম্না?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নীংশিংন্বগীদমক্তা নত্তে। মসিদি ঐখোয়গী মীয়ামশিংনা শিরিবগী মতুংদা ধর্মগী মীংদা আনা ৪ফাও থর্চ তৌগদবা অদুগুম্বা নত্তে। মরমদুনা মতুংদা মহাকপু থঙহল্লি মদুদি ইবুংঙো অদোমগী ইপা ইবুংঙো লৈখিদ্রে, মদু ওইরগদি করিগুম্বা থরা থর্চ তৌ, অসিগুম্না থরা তৌ, অসিগুম্বা থরা তৌ, মদুগুম্না তৌ। মদু ওইরগদি মতুংদা অদোমগী ইপাবু য়ৌগনি। হায়বদি মীয়াম্নসু মহাকপু চৈদুনা হায় মদুদি নপাগীদমক করিগুম্বা থরা তৌদনা! তর্পন তৌদনা! করিগুম্বা অফবা তৌ! মদু ওইরগদি অসিগুম্না তৌদুনা ২০০-৪০০, করিগুম্বা থর্চ তৌহল্লি ধর্মগী মমীংদা, মদুখৈ মহাক্কা মহৈ ফংই। মপাগী মমিংদা তৌই অমসুং মতুংদা মহৈ ফংই। করিগুম্বা মপাগী মমিং পীবা ওইদ্রগদি, মসি মীয়ামশিংনা আনা ৪ফাও থর্চ তৌবা ওইদে। হায়বদি লাল্লা-থাজবদা মসি ৱাফম অসি চৎথরি। অদোম্না খঙলেদনা? খঙদব্রা?

মসি ব্রত-চরাহেন্বা তৌরি, মদু পুম্নমক আয়ুর্বেধগীদমক্কি, আয়ুর্বেধগীদমক। মসি পুম্নমক ব্রত-উপৱাস অসিনচীংবা তৌই অমসুং আয়ুর্বেধতা করম তৌনা কান্নগনি, মদুগীদমক সেট্টিং তৌরি মসি পুম্নমক। হান্নগী মীওইশিংনা সেট্টিং অসি ফজনা তৌই। মসি অপঙবা মীওইশিংনসু কান্নবা ওইগনি, মরমদুনা নিপাননি পাম্বা, একাদশী, ৫নি পাম্বা, অসিগুম্বা পুম্নমক তৌরি অমসুং মসি তর্পন তৌরিদনা! হায়বদি তর্পন, মদুদি য়াম্না ফবা মরমগীদমক তৌবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাজী, তর্পনদা কুৱাকশিংবু চাক পীজরি, মদুগী মরম করিনো? অজ্ঞান কৌব্রা মদু?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অজ্ঞান নত্তে। মসিদি মখল অমদগী মীয়াম্না তাক্লি মদুদি মদুগী মওংদগী তর্পনগী কর্ম তৌবা ওইরি। মদু ঐখোয়গী মসিদদি তর্পন তৌবগীদি অচৌবা ইতিহাস লৈরি । মসিগী করি মরম ওইবগে? তর্পন করম্বা মতমদগী হৌবা ওইবগে মদুদি থৱানগী পানথৎলকপা পুর্নিমাদগী থৱানগী থাসিরমদাই অমাৱসয়্য ফাওবা তর্পন কৌবা ওই। নুমিৎ ১৬গী তর্পন! হৌজিক

মসি তর্পন অসি করিগীদমক মখোয় মীয়ামশিংনা থল্লিবা? য়াম্না বুদ্ধি লৈবা মীওইশিংনি! মরমদুনা তর্পন থল্লিবদু, মদুদি পুন্নমক সাইটিফিক মওংনি। ঐখোয়গী ইন্ডিয়াদা ঙসিদগী চহী থরাগী মমাঙদা থঙ্গংশিংদা য়ুমথোং খুদিংদা ফমুং অমদি তাদুনা লৈ, মালেরিয়াদগী মীওই ১-২দি ফমুংদা লৈবা ওই। করম্বা থাদা? মতমদুদা হায়, থৱান থাদা। হায়বদি ঐখোয়না থুঙ্গংদা চৎলগদি, মদু ওইরগদি য়ুমথোং খুদিংগী মপানদা ফমুং অমদি তাদুনা লৈ অমসুং মদুদা অনাবনা তুমদুনা লৈ, ফৈজুপ্পা খুমজিন্দুনা। লায়হৌ-হৌবা ওই, মলেরিয়াগী লায়হৌ অমসুং লায়োং উৎপা ওই। থৱান থাদা কাং য়াম্না লৈরম্মী, মরমদুনা মেলেরিয়া য়াম্না শান্দোকপা ওই, হায়বদি, মেলেরিয়া হায়বদি পীতগী লায়হৌ হায়গনি। মদু নুংশিৎ নত্রগা লোং-তিনগী লায়হৌ নত্তে। পীতকী লায়হৌদি, অদুক্কী মতীক পীত হেংগৎপা ওই। নোংজুথাগী মতম অমসুং পীতকী লায়হৌ অমসুং মতুংদা কাংনা চীকপা ওই। পীত হেন্না ৱাংবা ওইবদুবু মহাকপু চীকপা ওই। মরমদুনা মীওইবশিংনা, মসি থিজিন্বশিংনা মসি থিজিন্বা ওই মদুদি হিন্দুসতানদা, করিগুম্বা লম্বী পুথোকউ, নত্রগদি মসি মীয়ামগী মশীংসি তংখায় হন্থবা ওইগনি। হৌজিক্তি মসি কাং অসি হন্থবা ওইরে, নত্রগদি মীশিং হিংলপ্লোই। মরমদুনা পীতকী লাইহৌবু মাংন্বগীদমক, অসিগুম্বা মাংনবা থবক তৌন্বগী- দমক পুথোকথি মদুদি মসি মীয়ামবু শঙ্গোম-খের, শঙ্গোম অমসুং চীনি অসিশিংসি চারবদি পীত মাংগনি অমসুং মেলেরিয়াদগী নান্থোকপা ঙমগনি। হৌজিক মখোয়না য়ুমগী শঙ্গোম লৈরবসু, মদু ওইরবসু শঙ্গোম-খের থোংবা ওইদে, শঙ্গোম-খের চাবা ওইদে অসিগুম্বা মসি মীয়াম! য়াম্না নোমেল ওইদনা(!), মরমদুনা করি ওইবগে, মদু অদোম্না খঙব্রা? হৌজিক মসি শঙ্গোম-খের নুংতিগী করম্না চাগনি?

হৌজিক মপাদি ময়েক-অমফাও(করিগুম্বা) য়ৌবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মসি মীওইশিংনা থিজিনথি মদুদি মসি হিন্দুস্তানগী মীয়ামনা আনা ৪ফাও ধর্ম তৌগদবা, অসিগুম্বা নত্তে। অসিগুম্বা মীহৌবনি মদুদি আনা ৪ফাও ধর্ম তৌরোই। মরমদুনা অসিগুম্না ওন্না-তৈন্না না পায়হল্লি মদুদি 'নহাক্কী পাবুংগী তর্পনদি কৎলু!' অসিগুম্না পুন্নমক্কা হায়বা লাকইদনা! মরমদুনা তর্পনকী মমীং মতৌ অসুম্না থমখি। মরমদুনা মীয়ামশিংনা মতুংদা অমুক হন্না হৌবা ওইখি মদুদি পাবুংগী তর্পনদি কৎপা মথৌ তাইদনা! অমসুং ঐহাক কুমবা তীংদবা ওইবা

অমসুং তর্পন কৎতবা মতমদুদা করি হায়বগে? ‘মপাবুংগী তর্পন কৎপা ওইদে।’ নকন্না লৈবশিংনা হজিন-হজিন ঙাংবা ওই, মরমদুনা তর্পন পাঙথোক্লম্মী। মদুদা মতুংদা চাক পীজরম্মী।

মতমদুদা পুর্নিমা নুমিত্তগী শঙ্গোম-খের চাবা ফঙবা ওই অমসুং নুমিৎ ১৫নি ফাওবা শঙ্গোম-খের ফঙবা ওই। মরমদি ঙসি ঐহাক্কী মসিদা, হয়েংনা অদোমগীদা অমসুং মীয়ামশিংনসু মসি খুৎলোয়বা ওই মদুদি, ‘য়াম্না ফরে মথং-মথং চাগদবা ওইদনা! মুনদবা অমসুং চাক থাবা খুব্রাকপু।’ মতৌ অসুন্না পুথোকপা ওইথি। মদুদগী পীত পুন্নমক মাংবা ওই। মরমদুনা মসি মীওইশিংনা মসি ব্যবস্থা তৌথি। মরমদুনা ঐখোয়গী মীয়াম্না মদুগী মতমদা করি হায়বগে হায়বদা মদুদি তর্পন ১৬শিংগী মতুংদা করিগুম্বা হিংলবদি দুর্গা পুজাদা লাক্লে!

## সাইন তৌদনা শিবা ফাওবা য়াদে!

তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী নীয়ম অসিগুম্বনি মদুদি কনাগুম্বা মীওইবু মসিদগী পুবা য়াদে। শিরিবা অদুগী সাইন য়াওদনা মহাকপু মসিদগী পুবা য়াদে। মীয়াম্না সাইন তৌব্রা? অসিগুম্না হায়নৈদনা মদুদি ‘হে ভগৱান, মসিদগী চৎলবদি ফগনি’। হৌজিক অসিগুম্না করিগীদমক্কী ঙাংলিবনো? মদু অদোম্না খঙব্রা? করিগুম্বা অসিগুম্না মনুংদা অনাবা ওই, মদুগী মতুংদা অনাবগী চৈথেংনা হায়বা ওইরি মদুদি ‘মসি হকচাং অসিদগী নাম্থোক্লবদি ফগনি।’ মদুগী মতমদুদা সাইন তৌবা ওই।

## মদুগী মমাঙদা ‘ঐহাকপু’ নীংশিংউ

**ব্রাহং-হংলিবা :** দাদাজী অসিগুম্না তাই মদুদি মশা-মতোম্তা শিজবগী (সুসাইট) মতুংদা অসিগুম্বা মখলগী মপোক তরেৎ পোকপা ওই, মসি ব্রাফম অসি চমব্রা?

**দাদাশ্রী :** সংস্কার মমি-তাবদু, মদু মপোক ৭-৮গী মতুংদা চৎপা ওই। মরমদুনা মসিগুম্বা ফত্তবা সংস্কার মমি-তাহনগনু। ফত্তবা সংস্কারশিংদগী লাপনা চেল্লু। হোয়, মসিদা করিগুম্বা অৱাবা লৈরগদি মদুবু থাংউ, তৌইগুম্বসুং গোলিনা কাপকনু, সুসাইট তৌগনু। মরমদুনা বড়োদা সহরদা ঙসিদগী চহী

খরাগী মমাঙদা পুন্নমক্তা খঙহন্বা ওই মদুদি সুসাইটকী ৱাখল লাক্লবদি, মতমদুদা ঐহাকপু নীংশিংউ অমসুং ঐহাক্কী নাক্তা লাকউ। অসিগুম্বা মীওই লৈরগদি, খুদোংথিনিংঙাই ওইরবা মীওই, মখোয়বু হায়দুনা থল্লম্মী। মহাক ঐহাক্কী নাক্তা লাক্লম্মী, মতমদুদা মহাকপু জ্ঞান তাহলম্মী। মথংগী নুমিত্তা সুসাইট তৌররোই লেপলম্মী। ১৯৫১গী মতুংদা পুন্নমকপু পাউ পীথি মদুদি কনাগুম্বনা আত্মাহত্যা তৌগে থল্লগদি মহাক্না ঐহাক্না উনৌ, অমসুং মতুংদা তৌ। কনাগুম্বা অমা লাকপা মদুদি ঐহাক্না আত্মাহত্যা তৌগনি মদু ওইরগদি মহাকপু ঐহাক্না জ্ঞান তাহল্লম্মী। নক্কবা 'কোজেজ'(হৌরকফম), সর্কল, আত্মাহত্যা তৌবা য়াবরা নত্রগা তৌরোইদবরা, পুন্নমক মহাকপু খঙহল্লম্মী অমসুং মহাকপু অমুক-হন্না মমায় লৈথোক্লম্মী।

# মশা-মতোম্তা শিবগী মহৈ

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মীওইনা করিগুম্বা *আত্মাহত্যা* (মশা-মতোমতা শিজবা) ওইরগদি মহাক্কী করি মপোক ওইবগে? ভুত-প্রেত ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** মশা-মতোমতা শিবদগীদি প্রেত ওইবা ওই অমসুং প্রেত ওইদুনা কোইচৎ-চৎপা ওই। মরমদুনা মশা-মতোমতা শিদুনা ওন্না-তৈন্বদা অৱাবশিং কোক্ত-থাংগৎপা ওইরি। অমুক্তং মশা-মতোমতা শিজবা তৌরগদি, মদুগী মতুংদা মপোক কয়া-কয়া ফাও মদুগী খোন্থাং নিন্দুনা লৈগনি! অমসুং মসি সুসাইট তৌরিবসি, মহাক্না করিগুম্বা অনৌবা তৌবা নত্তে। মদুদি মমাঙগী মপোক্তা সুসাইট তৌখিবদু, মদুগী খোন্থাংদগী তৌরি। মসি সুসাইট তৌরিবসি, মদুদি মমাঙদা তৌখিবা আত্মাঘাত কর্মগী মহৈ লাকই। মরমদুনা মশা-মতোমতা সুসাইট তৌই। মঙোন্দা অসিগুম্বা খোন্থাং অসি মনুংদা লৈ মদুদি মহাক্না অসিগুম্না চপ-মান্না তৌদুনা লাকপা ওই। মরমদুনা মশা মতোতা সুসাইট তৌরি অমসুং সুসাইট লোয়রবা মতুংদা মপোক ফংদবা ওইবা জীব ওইবা ওই। অৱগতি হায়বদি হকচাং য়াওদনা কোয়চৎ-চৎপা। ভুত ওইবা হায়বসি অরাইবা নত্তে। ভুততি দেব-মপোক্কী মপোক্নি, মদু অরাইবা পোৎ নত্তে। ভুততি মফমসিদা য়াম্না কন্না *তপ*(মশাবু শাজা পীবা অমুক হন্না অরান্বা তৌদন্বা) তৌখিবা, অজ্ঞান *তপ* তৌরগদি, মতমদুদা ভুত ওইবা ওই, মসি নত্তবদদি প্রেত্তি তোঙান্বা পোৎনি।

# বিকল্প য়াওদনা হীংবা য়াদে

**ৱাহং-হংলিবা :** সুসাইতকী ৱাখল করিগী লাকপগে?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মনুংদা *বিকল্প*(মশা অমা ওইবগী ভাৱনা, ইশাগী-মমল;হিংন্নবগী)লোয়বা ওই মরমদুনা। মসিদি বিকল্পকী মতেংনা হিংবা ওইরি। বিকল্প লোয়বা ওইরগদি, মতুংদা হৌজিক করি তৌগনি, মদুগী করিগুম্বা ডর্সন উবা ফংদে, মরমদুদা মতুংদা সুসাইত তৌন্বা থল্লি। মরমদুনা মসি বিকল্প অসিসু কান্নবা ওই।

সহজ ৱাখল অসি লৈতবা ওইরগদি, মতমদুদা মসি ওন্না-তৈন্বা ৱাখল পুন্নমক লাকই। বিকল্প লৈতবা ওই মরমদুনা সহজ ৱাখল লাকপদু, মদুসু লৈতবা ওই। পুমম্ম মম্বা ওই। মতুংদা করিগুম্বা অমত্তা উদে! সঙকল্প হায়বদি 'ঐগী'(কনানো অমসুং ঐগী করিনো মসি সংসারদা) অমসুং বিকল্প হায়বদি 'ঐ'(মশানা অমা ওইবগী ভাৱনা, ইশাগী-মমল)। মখোয় অনী লৈতবা ওইরগদি, মতমদুদা শিবগী ৱাখল লাকপা ওই।

# সুসাইতকী মরম

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদা মহাক্লা ক্রুত্তি(মাংহন্বা)ওইবা, সুসাইট তৌন্নবগী মদুগী রুত(হৌরকফম)করিনো?

**দাদাশ্রী :** সুসাইটকী হৌরকফমদি অসিগুম্না ওই মদুদি মহাক্লা করিগুম্বা মপোক্তা সুসাইট তৌবা ওইরগদি মদুগী খোন্থাং মপোক তরেৎ ফাও লৈবা ওই। হায়বদি অসিগুম্না বোল অমা থাদরবদি ঐখোয়না, ফিত ৩গী মথক্তগী থাদরবদি, মদু ওইরবদি মশা-মতোম্তা অনীসুবা মতমদা ২গা তংথায় চোংদুনা অমুক হন্না তাগনি। মতুংদা ফুট ১ চোংদুনা তাই অমুক হন্না, অসিগুম্না ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা? ফুট ৩ মপুংফানা চোংদে, তৌইগুম্বসুং মশাগী শ্বভাবতগী ২গা তঙ্খায় চোংদুনা অমুক হন্না তাগনি, অহুমসুবা ফীত ২ চোংদুনা অমুক হন্না তাই, মরিসুবদা ১মখায় চোংদুনা অমুক হন্না তাই। মতুংদা ফুট ১ চোংদুনা তাই। অসিগুম্না মহাক্কী গতিগী নিয়ম ওই। অসিগুম্না মহৌশাগীসু নিয়ম লৈ। মদু ওইরগদি মসি সুসাইট তৌরবদি, মপোক ৭ফাও সুসাইট তৌবা মথৌ তাই।

হৌজিক মদুদা য়াম্বা য়ামদবা পরিণামদগী সুসাইট ঐখোয়না মপুংফানা উই, তৌইগুম্বসুং পরিণাম অদু চাং-হন্থবা ওই অমসুং হন্থ-হন্থদুনা, পরিণাম লোয়বা ওই।

## অরোইবা মীৎকুপ্তা

শিবা মতমদা পুন্সি চুপ্পদা তৌখিবদু, মদুগী এক্সত্রেক (হিসাব) লাকপা ওই। মদুগী এক্সট্রেক অদু ৪৫ মিনিত ফাও পা-পাদুনা লৈ, মতুংদা হকচাং শেম্বা ওই। মদুগী মতুংদা মখোঙ ২দগী মখোঙ মরী ওইবা ওই। মসিদা তাল চাদুনা, মদুদা চরু চাই! মসি কলিয়ুগকী অথোইবা অসিগুম্বনি! মরমদুনা মসি মীওই মপোক অমুক-হন্না ফঙবা তাংনা থোকই, অসিগুম্বা মসি কল্লিযুককী মতমনি...!

**ৱাহং-হংলিবা :** অরোইবা মতম কনানা খঙবগে মদুদি নকোং তাখিদ্রে?

**দাদাশ্রী :** অরোইবা মতমদদি ঙসি অদোমগী একাউনদা তুংশিন্বা মখৈদু, মদু লাকই। শিবগী মতমগী পুংফম, লাক্লিবা *গুণথাপু* (৪৮মিনিত মতম), মদু এক্সট্রেকনি অমসুং মদুগী এক্সট্রেক খালি পুন্সি চুপ্পগী নত্তে, তৌইগুম্বসুং মমাঙদা পোকখিবা মপোক অমসুং মতুংদা, মরক্কী শরুক্কী এক্সট্রেক্কি। মদু ওইরগদি শিবগী মতমদা ঐখোয়গী মীয়াম্না, কয়াম য়াম্না নকোংদা হায়হল্লি, 'হায়যু রাম, হায়যু রাম,' অরে অপঙ, রাম করিগী হায়হল্লিবনো? রামদি চৎখ্রে কুইরবে মতমদা!

তৌইগুম্বসুং মীয়াম্না তম্বিরি অসুম্না, মদুদি অসিগুম্বা খরা তৌ। তৌইগুম্বসুং মদুদি মনুংদা পুন্য লৈবা ওইরগদি, মতমদুদা এডজস্ট ওইবা ওই। অমসুং মহাক্তি মচানুপীবু লুহোংন্বগী চীন্তাদা তাদুনা লৈ। মসি নুপীমচা অহুম অসিনা লুহোংবিরে অমসুং মসি ৪সুবা লৈহৌরে। মসি অহুম অসি লুহোংবিরে অমসুং অতোম্বী মথন্তা লায়হৌরে। পৈশা তুংশিন্বা মদুদি মদু মাংদা লাক্তুনা লেপতুনা লৈগনি। অমসুং মদু অঙাং ওইরিঙৈদা অফবা তৌবশিংদু লাক্লোই, অহন ওইরবা মতমদা অফবা তৌখিবশিংদু লাক্কনি।

## মহৌশাগী করম্বা ফজবা নিয়ম!

হায়বদি মসিদগী চৎপা, মদুসু মহৌশাগী নিয়ায়, ফৈদনা! তৌইগুম্বসুং

ৱীতরাগনা সাৱধান তৌই মদুদি ইবুংঙো চহী ৫০শুরে হৌজিক চেকশিল্লুনে!

চহী ৭৫পুন্সিগদৌবা ওইরগদি চহী ৫০মমাঙদা অহান্বা ফোটো কাপ্পা ওই অমসুং চহী ৬০ পুন্সিগদৌবা ওইরগদি, মতমদুদা চহী ৪০দা ফোটো কাপ্পা ওই। চহী ৮১ পুন্সিগদৌবা ওইরগদি চহী ৫৪দা ফোটো কাপ্পা ওই। তৌইগুম্বসুং মতমদুফাও মদুগী টাইম ফ্রী ওফ কোস্ট (লেপ্পা) ফঙবা ওই, ২/৩ শরুক ফ্রীদা ফঙবা ওইরি অমসুং ১/৩ শরুক, মদুগী মতুংদা ফোটো কাপ্পা ওই। নিয়ম অসি ফৱা নত্রগা নম-হাদুনা তৌহনৱা? নম-হাদুনা তৌহন্বা নত্তেদনা? নিয়ায় ওইবা ওইদনা? ২/৩ চোং-ফন তৌখিবা, মদুগী ঐখোয়না প্রোব্লেম ওইদে, তৌইগুম্বসুং হৌজিক চুপ্পা শিয়ু, হায়রি!

# মীতকুপ খুদিং ভাৱশিবা

**ৱাহং-হংলিবা :** হকচাংগী শিবদি হায়নৈদনা?

**দাদাশ্রী :** অজ্ঞান্নী(জ্ঞান লৈতবা) মীওইশিংগীদি মখল ২গী শিবা ওই। নুংতিগী ভাৱশিবা লৈবা ওই। মীৎকুপ খুদিং ভাৱশিবা অমসুং মতুংদা অরোইবদা হকচাংগী শিবা ওই। তৌইগুম্বসুং নুংতিগী মহাক্কী শিবা, কপ্লি নুংতিগী। মীৎকুপ খুদিং ভাৱশিবা। মীৎকুপ-খুদিং ভাৱশিবা। মরমদুনা ক্রুপালুদেবনা(শ্রীমত রাজচন্দ্রা) ইরিদনা!

'*ক্ষণ-ক্ষণ ভয়ংকর ভাৱ মরনে কা অহো রাচী রহয়ো!*'

(মীৎকুপ খুদিং শাথিবা ভাৱ শিবা, করিগী অরে হরাওরিবনো!)

মসি পুন্নমক হিংলি, মখোয় শিন্বগী নত্রগা করিগীদমক্কী হিংলিবনো?

# সমাধি শিবা

মরমদুনা শিবদা হায়য়ু মদুদি "নহাক্কা থুনা লাক্কদবা ওইরগদি থুনা লাকউ, থেংনা লাক্কদবা ওইরগদি থেংনা লাকউ, তৌইগুম্বসুং 'সমধি শিবা' ওইদুনা লাকউ!"

সমাধি শিবা হায়বদি আত্মা নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা নীংশিংদবা। ইশাগী শক্তম *শুদ্ধাত্মা*(শেংলবা আত্মা) নত্তনা অতোপ্পা মফমদা *চীত্ত* (জ্ঞান অমসুং ডর্শন)লৈতবা, পুক্নীং-বুদ্ধি-*চীত্ত*-অহংকার, করিগুম্বা অমত্তা

লেংবা-ওৎতপা! লেপ্পা নাইদনা *সমাধি* (মুক্তি ওইবা ৱাখলগী অৱাবা, হকচাংগী অৱাবা, মপান্দগী লাকপা অৱাবদগী)! হকচাংনা *উপাধি*, মদু ওইজরবসু উপাধিনা শোক্তবা! হকচাংদি উপ্পধি ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়।

**দাদাশ্রী :** *উপধি*(মপান্দগী লাকপা অৱাবা)থক্তা ওইবদা নত্তে, *ব্যাধি*(হকচাংগী অৱাবা)ওইবসু লৈব্রা নত্রগা লৈত্রব্রা? *জ্ঞানী*না উপধি শোক্তে। ব্যাধি ওইবা ওইরগদি মদুসু থেংদে। অমসুং অজ্ঞানীদি ব্যাধি লৈতবা ওইরবসু, মদুবু কৌবা ওই! *সমাধি* শিবা হায়বদি '*ঐ শুদ্ধাত্মা* নি' অসিগুম্বা ভান লৈবা! ঐখোয়গী মহাত্মা কয়া অমনা শিবা ওইরি, মখোয় পুম্নমকপু 'ঐ শুদ্ধাত্মানি, ঐ শুদ্ধাত্মানি' অসিগুম্বা ভান লৈদুনা লৈবা ওই।

## মপোক-মওং ফংবগী খুদম

**ৱাহং-হংলিবা :** শিবা মতমদা অসিগুম্বা করিগুম্বা খুদম লৈব্রা মদুদি করিগুম্বা খঙবা য়াবা মদুদি মসি জীব অসিগী *গতি*(মপোক-মওং)অফবা ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুগী পুংফমদুদা, ঐগী ইচানুপী লুহোংব্রা নত্রগা হোংদব্রা? অসিগুম্নদি ওইদেদনা। অসিগুম্না পুম্নমক য়ুমগী থক্ত কোক-ৱাইচাইবা তৌদুনা লৈ। *উপধি* তৌদুনা লৈ। মরমদুনা খঙজিল্লু মদুদি মহাক্কী ওইরে মথাদা কুমথবা মপোক। অমসুং আত্মাদা লৈরগদি হায়বদি ভগৱানদা লৈরবদি অফবা মপোক ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং জ্ঞানমাংদুনা লৈরগদি নুমিৎ থরনি মদু ওইরগদি?

**দাদাশ্রী :** জ্ঞানমাংদুনা লৈবা, মদু ওইজরবসু মনুংদা করিগুম্বা জ্ঞানদা লৈরবদি য়াগনি। মসি জ্ঞান লৌবা ওইবা ওইগদবনি। মতুংদা জ্ঞানমাংবা ওইজরগসু য়াগনি।

## শীবগী কীবা

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি শিবগী অকীবা করিগী লৈরিবনো

পুন্নমক্না?

**দাদাশ্রী :** শিবগী কীবদি অহংকারনা লৈবা ওই, আত্মানা করিসু লৈতে। অহংকারনা কীবা ওই মদুদি ঐ শিগনি, ঐ শিগনি।

## মদুগী মীৎয়েংদগী য়েংলগদি চুম্মী

অসিগুম্বনি, ভগৱানকী মীৎয়েংদগী মসি সংসার অসিদা করি থোক্লিবগে? মদুদা হায়, মহাক্কী মীৎয়েংদদি কনাগুম্বা অমত্তা শিদে। ভগৱানগী লৈরিবা মীৎয়েংদা, মদুগী মীৎয়েং অদু অদোম্না ফংলবদি, নোংমগী নুমিৎ অমা পীরবদি মদু অদোমদা, মদু ওইরগদি মসিদা মী ময়াম অমা শিরবসু, মদু ওইজরবসু অদোম্না ইফেক্ট ফাওরোই। মরমদি ভগৱানগী মীৎয়েংদা কনাগুম্বা অমত্তা শিদে।

## জীব ওইরগদি শিবা, শিব(আত্মা) ওইরগদি অমর

নোংমা নল্লগা নোংমদি সোল্যুসনদি পুরকপা মথৌ তাইদনা? হিংবা-শিবগী সোল্যুসন পুরক্লোইদ্রা? তশেংবদা মশামক শিবা ওইদে অমসুং তশেংবদা হিংবসু ওইদে। মসিদি থাজবা থক্তা লান্বনি মদুদি মশামকপু জীবনি খন্দুনা ফমলি। মশাগী শক্তম শিব(আত্মা)নি। মশামক শিব(আত্মা)নি, তৌইগুম্বসুং মসি মশাগী খঙবদা লাক্তে অমসুং মশাবু জীবশক্তম ওইনা লৌরি!

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না জীব খুদিংমকপু খঙবা ওইরবদি, মদু ওইরগদি মসি মালেম অসি চৎলম্লোইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, চৎলম্লোইদনা! তৌইগুম্বসুং মতুংদা মীওই খুদিংনা মদুবু খঙবদা লাকপা য়াবা অদুগুম্বা নত্তে! মসিদি পজল(পাওখোং)নি পুন্নমক। য়াম্না মনুং-হুৎপা, অদুক্কী মতীক-মনুং হুপা। মসি মনুং-হুৎপনা মরম ওইদুনা মসি পুন্নমক অসিগুম্না *পোলমপোল*(হোত্রোং-হোবা) জগত চৎতুনা লৈরি।

## হিংবা-শীবা, মহাক কনানো?

মসি পোকপা-শিবা আত্মাগী নত্তে। আত্মাদি পরমনেন্ট পোৎনি। মসি পোমপা-শিবা ইগোইজম, অহংকারগীনি। ইগোইজম পোকপা ওই অমসুং ইগোইজম শিবসু ওই। তশেংনদি আত্মা মশামক শিবা ওইদে। অহংকার থক্ত পোকপা ওই

অমসুং অহংকার থক্ত শিবা ওই।

# শীবগী মতমদা, মমাঙদা অমসুং মতুংদা..

# আত্মাগী ফীভম

## পোকপা-শিবা করিনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** পোকপা-শিবা করিনো?

**দাদাশ্রী :** পোকপা-শিবদি ওইবা ওই, ঐখোয়না উবা ওই মদুদি মদুদা করিনো, মদুদা হংবা য়াবা মদুগুম্বা নত্তে। পোকপা-শিবা হায়বদি মহাক্কী কর্মগী হিসাব পুন্নমক লোইরে, মপোক অমগী হিসাব পুন্বা অদু, মদু লোইরে, মরমদুনা শিবা ওইরি।

## শিবা অসি করিনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** শিবা অসি করিনো?

**দাদাশ্রী :** শিবদি, অসিগুম্বনি, মসি পুঙয়াৎ তুই হায়বদি পুঙয়াৎকী পোকপা ওইরেদনা, অমসুং পোকপা ওইরে, মরমদুনা শিবা ওইদনদি লৈতেদনা! করিগুম্বা পোৎকী পোকপা ওই, মহাক্কী শিবা শুংশোয়-শোয়দনা ওই। অমসুং আত্মা পোক্তবা-অমরনি, মহাক্কী শিবা নাইদে। হায়বদি পোকপা ওইবা পোৎ খুদিংমক, মখোয়গী শিবা শুংশোয়-শোয়দনা ওই অমসুং শিবা ওইরগদি পোকপসু ওইগনি। হায়বদি পোকপগা লোয়ন্না শিবা জোইন ওইবা ওই। পোকপা ওইরগদি, মদুদা শিবা শুংশোয়-শোয়দনা ওইগনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** শিবা করিগীদমক্কীনো?

**দাদাশ্রী :** শিবদি অসিগুম্বনি, মসি হকচাং অসিগী পোকপা ওইদনা মদু *সনয়োগ* অমনি, মদুগী *বিয়োগ* তৌদনদি লৈতেদনা! সনয়োগ মতম লৈবা থবীক্তা বিয়োগ স্বভাৱ ওইবা ওইনা লৈ? ঐখোয়না স্কুলদা লাইরিক তম্বা চৎখি, মতমদুদা হৌবা ওইখিৱ্রা নত্রগা ওইদৱ্রা, বিগীনিঙ্গ? মতুংদা এন্ড লাকপ্রা নত্রগা লাক্তৱ্রা? পোৎ খুদিংমক বিগীনিং (হৌরকফম) অমসুং এন্ড ওইবা (লোয়বা ওইবা) থক ওই। মসিদা মসি পোৎ খুদিংমক্কী বিগীনিঙ্গ অমসুং এন্ড ওইবা ওই। থঙবা ঙমদৱ্রা নহাক্কা?

**ৱাহং-হংলিবা :** খঙবা ওইরে!

**দাদাশ্রী :** মসি পোৎ পুন্নমক বিগিনিঙ্গ-এন্ড ওইবা ওই, তৌইগুম্বসুং বিগীনিঙ্গ অমসুং এন্ডবু খঙলিবা অদু, মদুবু খঙবা অদু কনানো?

বিগীনিঙ্গ-এন্ড ওইবা পোৎ পুন্নমক্তি, মখোয় টেম্পরেরী (লোয়বা নাইবা) পোৎনি। বিগীনিঙ্গ ওইবা অদুগী, মদুগী এন্ড ওই, বিগীনিঙ্গ ওইবা অদুগী এন্ড ওইবা ওই শুংশোয়-শোয়দনা। মখোয় পুম্বা টেম্পরেরী পোৎনি, তৌইগুম্বসুং টেম্পরেরীবু খঙবা ওইবা অদু কনানো? নহাক পরমেনেন্টনি, মরমদি নহাক্না মসি পোৎশিংবু টেম্পরেরী হায়রি, মরমদুনা নহাক পরমেনেন্টনি। করিগুম্বা পোৎ পুন্নমক টেম্পরেরী ওইরগদি মতুংদা টেম্পরেরী হায়বদি দরকার ওইদে। টেম্পরেরী সাপেক্ষ ৱাহৈনি। পরমেনেন্ট লৈরগদি, মদু ওইরগদি টেম্পরেরী লৈ।

# শিবগী মরম

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি শিবা করিগীদমক লাক্লিবনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদি অসিগুম্বনি, পোকপা মতমদা, মতমদুদা মসি পুক্নীং-ৱাহৈ-হকচাং বেটরি ৩শিং লৈ, মীরোল্লিঙৈদগী ইফেক্ট (পরিণাম) পীবা ওই। মদুগী ইফেক্ট লোয়বা ওই, মতমদুদা 'বেটরিশিং'দগী হিসাব লোয়বা ওই। মতমদু ফাও মদুগী বেটরিশিং লৈবা ওই অমসুং মতুংদা লোয়বা ওই, মদুবু শিবা কৌই। তৌইগুম্বসুং মদুগী মতুংদা মথং মপোক্কীদমক মনুংদা অনৌবা বেটরিশীং চার্জ (পাৱর তুংবা) ওইখ্রবা ওই। মথং মপোক্কীদমক মনুংদা অনৌবা বেটরিশীং চার্জ ওইদুনা লৈবা ওই অমসুং অরিবা 'বেটরিশীং' 'ডিসচার্জ' ওইবা ওই। অসিগুম্না 'চার্জ'-'ডিসচার্জ' লৈদুনা ওইবা ওই। মরমদি মঙোন্দা 'রোং বিলীফ' (লান্না থাজবা) লৈ। মরমদুনা 'কোজেজ' (হৌরকফম) শেম্বা ওই। 'রোং বিলীফ' লৈরিবমখৈ, মতমদু ফাও রাগ-দুৱেষ অমসুং কোজেজ শেম্বা ওই। অমসুং মদুগী 'রোং বিলীফ' হোংবগা অমসুং 'রাইট বিলীফ' ফম্বগা, মদুগী মতুংদা রাগ-দুৱেষ অমসুং 'কোজেজ' শেম্বা ওইদে।

# পুর্নজন্ম (মমাঙগী মপোক)

**ৱাহং-হংলিবা :** জীবাত্মা শিবা ওই, মতুংদা অমুক-হন্না লাকই?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, ফোরেন ওইবশিংগী অমুক-হন্না লাক্তে,

মুস্লিমশিংগীসু লাকপা ওইদে, তৌইগুম্বসুং অদোমগী অমুক-হন্না লাকই। অদোমদা ভগৱানগী অদুক্কী মতীক কৃপা ওই মদুদি অদোমগী অমুক-হন্না লাকই। মসিদগী শিবগা মফমদুদা অনীসুবা য়োনিদা পুংনুংদা চংবা ওই। অমসুং মথোয়গীদি অমুক-হন্না লাক্তে।

অদোম তশেংবদা অমুক হন্না লাক্তে, অসিগুম্বা নত্তে। মথোয়গী থাজবা অসিগুম্বনি মদুদি মসিদগী শিবা হায়বদি শিখ্রে, তৌইগুম্বসুং তশেংবদা অমুক-হন্না লাকপা ওই। তৌইগুম্বসুং মথোয়না খঙবা ওইদে। মমাঙগী মপোকপু খঙবা ওইদে। অদোম্না মমাঙগী মপোক খঙইদনা?

হকচাংগী শিবা ওইরগদি, মদু ওইরবদি মদু থৱায় পান্দবা ওই। মদুদগী সাবিত তৌবা ওই মদুদি মদুদা জীব লৈরম্মী, মদুবু থোক্লক্তুনা অতোপ্পা মফমদা চৎলি। ফোরেন ওইবশিংদি হায় মদুদি মসি মদুগী জীব অদুনি অমসুং মদুগী জীব অদু শিখ্রে। ঐথোয়না মদু লৌদে। ঐথোয়গী মীয়াম্না মমাঙগী মপোক্তা থাজে। ঐথোয়না 'ডেবলপ' ওইবা ওই। ঐথোয়না বীতারাগ বিজ্ঞানবু খঙই। বীতারাগ বিজ্ঞাননা হায়রি, মমাঙগী মপোক্কী মথা-পোন্না ঐথোয়না পুন্না থেংনরি, অসিগুম্না হিন্দুস্তানদা খঙবা ওইরি। মদুগী মতেংনা ঐথোয়না আত্মাবু থাজবা ওই। নত্রগদি করিগুম্বা মমাঙগী-মপোক্কী মতেং লৈরমদ্রগদি আত্মাবু থাজবা মতৌ করম্না ওইরমগনি?

মদু ওইরবদি মমাঙগী মপোক কনাগী ওইবগে? মদুদা হায়, আত্মা লৈ, মদু ওইরবদি মমাঙগী মপোক লৈ, মরমদি হকচাংদি শিখ্রে, মৈ-থাদোকখ্রে, অসিগুম্না ঐথোয়না উই।

হায়বদি আত্মাবু খঙবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি সোল্যুসন লাক্লেদনা! তৌইগুম্বসুং মদুগী খঙবদা লাকপা অদুগুম্বা নত্তেদনা! মরমদুনা শাস্ত্র পুন্নমক্না হায় মদুদি 'আত্মা খঙউ!' হৌজিক মদুবু খঙদনা করিগুম্বা তৌরিবশিংদু, মদু পুম্বা মহাকপু কান্নবা ওইদে, হেল্পিঙ্গ ওইদে। অহান্বদা আত্মাবু খঙলবদি সোল্যুসন ( উপায় ) পুন্নমক লাক্কনি।

## মমাঙগী মপোক কনাগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাঙগী মপোক কনানা লৌবগে? জীবনা লৌব্রা

নত্রগা আত্মানা লৌব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, কনাগুম্বা অমবু লৌগদবা ওইবা ওইদে, মথন্তা ওইজবা ওই। মসি সংসার 'ইট হেপন্স' (মশা-মতোম্তা চৎলি) নি!

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, তৌইগুম্বসুং মদু কনাদগী ওইবগে? জীব থক্তদগী ওইব্রা নত্রগা আত্মাদগী?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, আত্মাদি করিসু মরি লৈন্বা ওইদে, পুম্নমক জীব থক্তদগীনি। মপাল-থোংগী নুংঙাইবা পাম্বা অদুনা, মহাক্না য়োনিদা থোঙ-থাংজিন্বগী 'রাইট' (অধিকার) লৈ। মপাল-থোংগী নুংঙাইবা পামদবা, মহাক্না য়োনিদা থোঙ-থাংজিন্বগী রাইট মাংবা ওই।

# মরি মপোক-মপোক খুদিংগী

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবগী মপোক খুদিংমক্কী মমাঙ-মপোক্কা মরি লৈনব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মপোক খুদিংমক মমাঙগী-মপোক থক ওই। হায়বদি মপোক খুদিংমক্কী মরী মমাঙগী-মপোক্তগী ওইনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মমাঙগী-মপোক্কী মসি মপোক্কা করি মরি লৈন্বগে?

**দাদাশ্রী :** অরে, মথংগী মপোক্কীদমক মসি *পুর্বজন্ম* (মমাঙগী-মপোক) অসি ওইরি। হৌখ্রবা মপোক, মদু মমাঙগী-মপোক্কি, মদু ওইরবদি মসি মপোক লৈরি। মদু লাক্কদৌবা মপোক্কী মমাঙগী-মপোক কৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, মদুগী ৱাফম অদু অচুম্বনি। তৌইগুম্বসুং মমাঙগী-মপোক্তা করিগুম্বা অসিগুম্বা ওইব্রা, মদুগী মসি মপোক্কা লোয়নবা করিগুম্বা মরি লৈন্বা?

**দাদাশ্রী :** য়াম্না মরি লৈনৈ, মশীং-থীঙমদনা! মমাঙগী-মপোক্তা মরু তাবা ওই অমসুং মথংগী মপোক্তা মহে লাকই। মরমদুনা মদুদা, মরুগা অমসুং উহৈগা খেন্নবা ওইদব্রা? মরি লৈনৈদনা?! ঐখোয়না চানানগী মরু হুল্লবদি, মদু মমাঙগী-মপোক অমসুং মতোন-চোংবা, মদু মসি মপোক, অমুক হন্না মসি

মতোন-চোংবদগী মহৈ মওংদা মরু তারবদি মদু মমাঙগী-মপোক অমসুং মদুগী মতোন-চোংলবদি, মদু অনৌবা মপোক। জ্ঞান তাব্রা নত্রগা তাদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওই অমনা লক্ষ্মীদা খোঙনা চৎলক্ষ্মী অমসুং অতোপ্পা লক্ষ্মী কয়াদসু খোঙনা চৎলক্ষ্মী, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা লিন কনাগুম্বা মীওই থকপু ওইনা চীকপা ওই, মদুগী মরম মমাঙগী-মপোকরা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, ঐহাক্না মদুনি হায়নীংলিবা মদুদি মমাঙগী-মপোক লৈ। মরমদুনা মদুগী লিন অদুনা অদোমবু চীক্লি, মমাঙগী-মপোক লৈরমদ্রগদি অদোমবু লিন্না চীক্লোই, মমাঙগী-মপোক লৈ, মদু অদোমগী হিসাব অদোম্না শিংদোকই। মসি হিসাব পুন্নমক লোইশিল্লি। মদুগুন্না বোইদা ইবা হিসাব শিংইদনা, মদুগুন্না হিসাব পুন্নমক লোইশিল্লি। অমসুং 'ডেবলপমেন্ট'গী মতুংনা মসি হিসাব পুন্নমক ঐখোয়না থঙবসু ওইরি। মরমদুনা ঐখোয়গী মসিদা মীয়াম কয়ানা, মমাঙগী-মপোক লৈবা ওই, অসিগুম্বা থাজবা অসি লৈখ্রেদনা! তৌইগুম্বসুং মদু 'মমাঙগী-মপোক' থক্লি, অসিগুন্না হায়বা ঙমদে। 'থক্লি' অসিগুম্বা করিগুম্বা খুদম পীবা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মশাগী থাজবদা ফমখ্রে, অসিগুম্বা খুদম পুন্নমক্তগী, মদুদি মমাঙগী-মপোক্তি লৈদনা!

মসি ইবেম্মা অসিনা হায়গনি, মহাক্না মনেমপোক অফবা করিগী ফংলি অমসুং ঐনা করিগী অসিগুম্বা ফংলি। হায়বদি সনয়োগ পুন্নমক মখল-মখল ফঙবা ওইরি।

## অমসুং করিগা লোয়ন্না চৎপগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** জীব অমনা অতোপ্পা হকচাংদা চৎলি। মদুদা লোয়ন্না ইন্দ্রিয়া ৫ অমসুং পূক্নীং অসিনা চীংবা জীব খুদিংমক্না পুদুনা চৎলি?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে, করিসু পুদে। ইন্দ্রিয়াদি পুন্নমক একজোস্ট (লোইদুনা) ওইদুনা লোইখ্রে, ইন্দ্রিয়াদি শিখ্রে। মরমদুনা মহাক্না লোয়ন্না ইন্দ্রিয়াগুম্বা করিগুম্বা অমত্তা চৎলোই। খালি মসি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা চৎকনি। মদুগী মরম্না হকচাংদা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা পুন্নমক লাক্লি। অমসুং *সুক্ষ্ম* হকচাং করম তৌবগে? *মোক্ষ*তা চৎত্রিঙৈ ফাও, মতমদু ফাও লোয়ন্না লৈ। মফম অমদবু পোক্লবসু, তৌইগুম্বসুং মসি সুক্ষ্ম হকচাংদি লোয়ন্না লৈ।

# ইলেক্ট্রিকল বোডী

আত্মা হকচাংবু থাদোক্তুনা মতোম্তা চৎতে। আত্মাগা লোয়ন্না মতুংদা কর্ম পুন্নমক, কারণ (কোজল)হকচাং কৌবা মদু, মতুংদা অহুমসুবা 'ইলেক্ট্রিকল বোডী'(তেজস হকচাং), মসি অহুম অসি লোয়ন্না চৎলি। মসি সংসার অসি লৈরি ফাও, মতমদু ফাও জীব খুদিংমক্ত মসি ইলেক্ট্রিকল বোডী লৈবা ওই! কোজল বোডী শেম্বগা ইলেক্ট্রিকল বোডী লোয়ন্না লৈবা ওই। ইলেক্ট্রিকল বোডী জীব খুদিংমক্তা অচম্বা ভাৱদগী লৈবা ওইরি অমসুং মদুগী মথা-পোন্না ঐখোয়গী চথরি। চাক চারি, মদুবু তুম্নবগী থবক ইলেক্ট্রিকল বোডীনা তৌই। মদুনা ঈ শেম্মী, ঈ হকচাংগী মথক্তা চেনখৎলি, মথাদা চেন্থহল্লী মদু পুম্বা মনুংদা থবক তৌদুনা লৈ। মীৎতগী উরি, মদুগী লাইট পুন্নমক মসি ইলেক্ট্রিকল বোডীগী মরম্না ওইরি। অমসুং অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবসু মসি 'ইলেক্ট্রিকল বোডী'গী মরম্না ওইরি। আত্মাদা অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা লৈবা ওইদে। মসি শাউবসু, মদু পুম্বা 'ইলেক্ট্রিকল বোডী'গী 'শোক'নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি 'চার্জ' তৌবদা 'ইলেক্ট্রিকল বোডী' থবক তৌরমগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** 'ইলেক্ট্রিকল বোডী' লৈবা, মতমদুদা চার্জ ওইবা ওই। নত্রগদি মসি 'ইলেক্ট্রিকল বোডী' লৈত্রগদি, মদু ওইরগদি মসি করিগুম্বা অমত্তা চৎলক্লোই। 'ইলেক্ট্রিকল বোডী' লৈবা অমসুং আত্মা লৈত্রগদি, মতমদুদসু করিগুম্বা অমত্তা চৎলোই। মসি পুম্বা অমগা-অমগা মরি লৈন্বা 'কোজেজ'নি।

# পুকনুংদা জীবগী চংবা করম্বা মতমদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পাওফাওন্বা ওইরি, মতমদুদা জীব চঙবা ওই। প্রাণ লাকপা ওই, অসিগুম্না বেদশিংদা হায়রি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদু পুন্নমক ৱা-ঙাক্তনি। মখোয় *অনুভব* (এক্সপেরিএন্স) নত্তে, অচুম্বা ৱাফম নত্তে মসি পুম্বা। মখোয় লৌকিক ৱাহৈগী। জীব য়াওদনা কৈদৌনুংদা মীরোন্বা ওইদে। জীবগী লৈবা কান্দা থক মীরোন্বা ওই, নত্রগদি মীরোন্বা ঙম্বা ওইদে।

মদু অহান্বদদি মরুমদৌনা জ্ঞান-মাংবা ফীবমদা লৈবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** য়েনগী য়েরুমদা মখুন হুৎতুনা জীব মনুংদা চংব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুদি মসি *লৌকিক্ত*(সংসারদা) অসিগুম্না, লৌকিক্ত অদোম্না হায়রি, অসিগুম্না ইরি। মরমদি মীরোন্বা অসি, মদুদি মতম, পুন্নমক সাইন্টিফিক সরকমস্টেন্সিয়ল এবিডেন্স, মতমসু পুন্বা, মতমদুদা শেম্বা ওই।

থা ৯পুকনুংদা জীব লৈবা ওই মতমদুদা চাওবা ওই অমসুং থা তরেৎকী জীব ওইরগদি, মদুদা থাসুদনা পোক্লবদি, মরমদুনা মপুংফাদবা ওই। মহাক্কী মকোক পুন্নমক মপুংফাদবা ওই। মখোঙ-মখুৎ পুন্নমক মপুংফাদবা ওই। থা ৭তা পোকপা মরম্না অমসুং থা ১৮দা লাক্লবদি ৱাফম অমনি, য়াম্না ৱাংবা লেবলগী মকোক ওইবা ওই। হায়বদি থা ৯দগী হেন্না থা লৈবশিংদু, মদুখৈ মহাক্কী 'টোপ' মকোক লৈবা ওই, খঙব্রা অসিগুম্না?

করিগী ঙাংদবগে? অদোম্না তাদব্রা মদুদি মসি থা ১৮গীনি অসিগুম্না! তাব্রা? হান্না তাদব্রা, তাদব্রনে? মদুদি থাদোকখো, মহাক্কী মমাদি থা ১৮গীনি, হায়বা ওইরি! মদুদি য়াম্না হৈ-শিংবা ওই। মহাক্কী মমাগী মবুক মনুংদগী মপান থোক্লক্তে। থা ১৮ফাও মুকথেক্তুনা লৈ মদুদা।

## মরক্তা মতম কয়াম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি মসি হকচাং থাদোকপা অমসুং অতোপ্পা ধারন তৌবা, মদু অনীদুগী মরক্তা, মতম কয়াম্না চঙবগে?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা মতম অমত্তা চংদে। মসিদসু ওইবা ওই, মসি হকচাংদগী হৌজিক নাম্থোকপা ওই মসিদগী অমসুং মদুদা য়োনিদসু লৈবা ওই, মরমদি মসি টাইমিঙ্গনি, বীর্য অমসুং রজকী সনয়োগ ওইবা ওই, মদুগী পুংফমদুদা। মসিদগী হকচাং থাদোক্কদবা ওইরগদি, মদুদা মদুগী সনয়োগ ওইবা ওই, মদু পুম্বা পুনবগা মতমদা মসিদগী চৎপা ওই। নত্রগদি মহাক্না মসিদগী চৎপা ওইদে, হায়বদি মীওইবগী শিবগী মনুংদা আত্মা মসিদগী চপ-তীংনা অতোপ্পা য়োনিদা চৎপা ওই। মরমদুনা মমাঙদা করি থোক্কনি, মদুগী করিগুম্বা চীন্তা তৌগদবা নত্তে। মরমদি শিরবা মতুংদা অতোপ্পা য়োনি ফঙবা অদুমক ওই অমসুং মদুগী য়োনিদা চংবগা মদুদা চান্বা অসিনচীংবা পুম্বা ফঙবা ওই।

# মদুদগী সর্জন কারণ-হকচাংগী

জগত চম্মন্বনি(ইল্লুসন), মদুদা থবক-থৌরমশিংবু উই, ধ্যানবু উদে। ধ্যান লাক্কদৌবা মপোক্কী পুরুষার্থনি অমসুং থবক থৌরম, মদু মমাঙগী মপোক্কী পুরুষার্থনি। ধ্যান, মদু মথংগী মপোক্তা মহৈ পীগদৌরি। ধ্যান তৌবগা মদুগী মতমদুদা *পরমানু* মপানদগী চীংশিন্বা ওই অমসুং মদুগী ধ্যান শক্তম ওইদুনা মনুংদা সুক্ষমতা ওইনা সঙগ্রহিত(তুংদুনা লৈবা)ওইবা ওই অমসুং কারণ-হকচাংগী সর্জন তৌবা ওই। মমাঙ-মপোক্কী মরিদগী মমাগী মবুং-নুংদা চৎলি, মতমদুদা কার্য-হকচাংগী শেম্বা ওই। মীওইবা শিবা ওই মতমদুদা আত্মা, সুক্ষম হকচাং অমসুং কারণ-হকচাং লোয়ন্না চৎলি। সুক্ষম হকচাং মীওই খুদিংমক্কী কমন ওইবা ওই, তৌইগুম্বসুং কারণ হকচাং মীওই খুদিংগী মহাক্না শেমখিবা কোজেজকী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙান্বা ওই। সুক্ষম-হকচাং, মদু ইলেক্ট্রিকেল বোডি(তেজস- হকচাং)নি।

# কোজ-ইফেক্টকী মরি-শম্নবা

শিবগী মতুংদা পোকপা অমসুং পোকপগী মতুংদা শিবা, মসিখক্লি। মসি লেপ্পা লৈতনা চৎথদুনা লৈ! হৌজিক মসি পোকপা অমসুং শিবা করিগী ওইরিবনো? মতমদুদা হায় কোজেজ অমসুং ইফেক্ট, ইফেক্ট অমসুং কোজেজ, কারণ অমসুং কার্য, কার্য অমসুং কারণ। মদুদা করিগুম্বা কোজেজশিংদু মাংহন্বা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মসি পুম্বা 'ইফেক্ট' মাংবা ওই, মতুংদা অনৌবা মপোক পোকপা ওইদে!

মসিদা পুন্সি চুপ্পা 'কোজেজ' শেম্বা ওইরগদি, মদু অদোমগী 'কোজেজ' কনাগীদা চৎকনি? অমসুং 'কোজেজ' তৌরগদি, মরমদুনা মদু অদোমবু ইফেক্ট(মহৈ) পীদনদি লৈরোই। 'কোজেজ' শেম্বা ওইখি, অসিগুম্না অদোম ইশামক্না খঙবা ঙমব্রা?

থৌরম খুদিংমক্তা 'কোজেজ' শেম্বা ওই। অদোমবু কনাগুম্বনা মতীক-চাদবনি হায়রগদি অদোমগী থম্মোয়-মনুংদা 'কোজেজ' শেম্বা ওই। 'নহাক্কী নপা মতীক-চাদবনি' মদু অদোমগী 'কোজেজ' কৌগনি। অদোমবু মতীক-চাদবনি হায়, মদুদি নিয়মগী মতুং-ইন্না হায়বা ওইরি অমসুং অদোম্না মদুবু নিয়মগী

মায়োক্তা তৌরি। মদু থঙবা ঙমদব্রা অদোম্না? করিগী ঙাংদ্রিবনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** য়াই।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি 'কোজেজ' মসি মপোক অসিদা ওইবা ওই। মদুগী 'ইফেক্ট' মথংগী মপোক্তা ফুগৎকদপা ওই!

মসিদি 'ইফেক্টিব' (পরিণাম) মোহবু 'কোজেজ' (হৌরকফম) মোহ ওইনা লৌবা ওইরি। অদোম্না অসিগুম্না থালি মাল্লি মদুদি 'ঐনা অশাউবা তৌই' তৌইগুম্বসুং মসিদি অদোমগী লান্না-থাজবনি, মদুফাও অশাউবনি। মসি নত্তনা, মদুদি অশাউবা নত্তে, মদুদি ইফেক্টনি। অমসুং কোজেজ থিংজিল্লবদি, মতমদুদা ইফেক্ট মতোম্তা লৈ। অমসুং মদুগী 'কোজেজে' থিংলে মরমদুনা 'হি ইজ নোট রেসপোন্সিবল ফোর ইফেক্ট'(পরিণামগীদমক মশা মরাল ওইদে)অমসুং 'ইফেক্ট' মশাগী প্রভাব উৎতনদি তোক্লোই।

## কোজেজ থিংবা ওইব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হকচাং অমসুং আত্মাগী মরক্তা মরিদি লৈদনা?

**দাদাশ্রী :** মসি হকচাংনি, মসি আত্মাগী অজ্ঞান দশাগী পরিণামনি। তৌথিবা 'কোজেজ'শিংদু, মদুগী মসি 'ইফেক্ট'নি। কনাগুম্বা অদোমবু লৈ হুক্লবদি অদোম্না হরাওবা ওই অমসুং অদোম্বু তাথিনা চৈরবদি অদোম্না শাউবা ওই। মদুগী শাউবা অমসুং হরাওবদা মপানগী ডর্শনগী মমল লৈতে। মনুংদা ভাৱদগী কর্ম চার্জ তৌবা ওই। মদুগী মতুংদা লাক্কদৌবা মপোক্তা 'ডিসচার্জ' তৌবা ওই। মদুগী মতমদুদা মদু 'ইফেক্টিব'নি। মসি পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাং অহুম অসি 'ইফেক্টিব'নি। 'ইফেক্টিব' ফুগৎপা মতমদা অতোপ্পা অনৌবা 'কোজেজ' শেম্বা ওই, মদু মথংগী মপোক্তা অমুক-হন্না 'ইফেক্টিব' ওইবা ওই। মতৌ অসুন্না 'কোজেজ এন্ড ইফেক্ট', 'ইফেক্ট এন্ড কোজেজে' মসি মথং-মনাও নায়না লেপ্পা লৈতনা চৎথদুনা লৈ।

মীওইবা মপোক থক্তদা 'কোজেজ' থিংবা য়াবা মদুগুম্বনি। অতোপ্পা মপোক পুন্নমকশিংদদি থালি 'ইফেক্ট' থক্লি। মসিদা 'কোজেজে' এন্ড 'ইফেক্ট' অনী লৈ। ঐহাক্না জ্ঞান পীরি, মতমদুদা 'কোজেজ' থিংজিল্লি। মতুংদা অনৌবা 'ইফেক্ট' ওইবা ওইদে।

# মদুফাও কোয়চৎ-চৎকনি..

'ইফেক্টিব বোডি' হায়বদি পূক্লীং-ৱাহৈ-হকচাংগী বেটরি ৩শিং শেম-শাবা ওইরি অমসুং মখোয়দগী মতুংদা অনৌবা 'কোজেজ' শেম্বা ওইদুনা লৈ। হায়বদি মসি মপোক অসিদা পূক্লীং-ৱাহৈ-হকচাং ডিসচার্জ ওইদুনা লৈ অমসুং অনীসুবা মায়গৈদা মনুংদা অনৌবা চার্জ তৌদুনা লৈ। পূক্লীং-ৱাহৈ-হকচাংগী বেটেরিশিং চার্জ ওইদুনা লৈবদু, মখোয় মথংগী মপোক্কীনি অমসুং মসিনা মমাঙগী মপোক্কীনি, মখোয় হৌজিক হৌজিক্তি ডিসচার্জ ওইদুনা লৈরি। '*জ্ঞানী পুরুষ*' অনৌবা 'চার্জ' থিংজিল্লি। মরমদুনা অরিবদু 'ডিসচার্জ' ওইদুনা লৈরি।

শিবগী মতুংদা আত্মা অতোপ্পা য়োনিদা চৎলি। মশাগী 'সেল্ফকী রিয়লাইজ' (আত্মাবু খঙবা) খঙদ্রিঙৈফাও, মদুফাও য়োনি পুন্নমক্তা কোচৎ-চৎতুনা লৈ। মদু ফাও পূক্লীংদা *তন্ময়াকার* (লুপ্পা) ওইরি, বুদ্ধিদা তান্ময়াকার ওইরি, মতমদুফাও সংসার লেপতুনা লৈরি। মরমদি তন্ময়াকার ওইবা হায়বদি য়োনিদা মরু হুন্বা অমসুং কৃষ্ণ ভগৱান হায় মদুদি য়োনিদা মরু হুন্বা ওইরি অমসুং মঙোন্দা মসি সংসার অসি লেপতুনা লৈরি। য়োনিদা মরু হুন্বা লেপ্লবদি মহাক্কী সংসার লোইরে।

# বিজ্ঞান ইবোল্যুশন ওইবনি

**ৱাহং-হংলিবা :** 'থিয়রী ওফ ইবোল্যুশন'গী মতুং-ইন্না জীব ইন্দ্রিয়া অমা, ইন্দ্রিয়া অনী অসিগুম্না 'ডেবলপ' ওই-ওইদুনা মীওইবদা লাকই অমসুং মীওইবদগী মতুংদা অমুক-হন্না শা-ঙাদা চৎলি। মদু ওইরগদি মসি 'ইবোল্যুশন থিয়রী'দা ওন্না-তৈন্বা ওইনা মাল্লি। মসিবু খরা শুগায়না তাকপীয়ু।

**দাদাশ্রী :** নত্তে। মসিদা ওন্না-তৈন্বা মদুগুম্বা নত্তে। 'ইবোল্যুশনগী থিয়রী' পুন্নমক চুম্মী। খালি মীওইবা ফাও 'ইবোল্যুশনগী থিয়রী' করেক্ট (চুম্মী) ওই, মতুংদা মদুগী মমাঙগী ৱাফম মখোয় মীয়াম্না খঙবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবদগী শা-ঙাদা অমুক-হন্না চৎপ্রা? ৱাহং মসিনি।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, অহান্বদা ডার্ৱিনগী থিয়োরী 'থিয়োরী ওফ

ইবোল্যুশন' মদুগী মতুং ইন্না 'ডেবলপ' ওই-ওইদুনা মীওইবা ফাও লাকপা ওই অমসুং মীওইবদা লাকপা মরম্না 'ইগোইজম' (অহংকার) লোয়ন্না লৈবদগী তৌবা-ওইবা ওই। কর্মগী তৌবা-ওইবা ওই, মরমদুনা মতুংদা কর্মগী মতুং-ইন্না মহাক্না ফুগৎনবা চৎপা ওইরি। 'ডেবিট' (পাপ) তৌরবদি, মতমদুদা শা-ঙাদা চৎপা মথৌ তাই অমসুং 'ক্রেডিট' (পুন্য) তৌরবদি, মতমদুদা দেব মপোক্তা চৎপা মথৌ তাই নত্রগদি মীওই মপোক্তা নিংথৌখুভম ফঙবা ওই। হায়বদি মীওইবদা লাক্লবা মতুংদা 'ক্রেডিট' অমসুং 'ডেবিট'কী মখা পোল্লি।

# মতুংদা লৈতে ৮৪ য়োনিশিং

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না হায়দনা মদুদি মীওইমপোক, ৮৪ লাক্ষ য়োনিদা কোইচৎ-চৎতুনা লাক্লবগী মতুংদা ফঙবা ওই, মহাক্না অমুক হন্না মদুখে চৎলবগী মতুংদা মীওইমপোক ফঙবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্বা করিসু নত্তে। অমুক্তং মীওইবা মপোক্তা লাকপা অমসুং মতুংদা ৮৪ লাক্ষ পুম্বদা কোইচৎ-চৎপগী মথৌ তাদ্রে। মহাক্না করিগুম্বা শা-ঙাগী ৱাখল লাক্লবদি, মদু ওইরবদি য়াম্লবদগী য়াম্লবদা মপোক নীপান মহাক্না শা-ঙাগী চৎপা মথৌ তাই, মদুসু চহী ১০০-২০০গীদমক। মতুংদা অমুক-হন্না মসিদা অদুমক মীওইবদা লাকই। অমুক্তং মীওইবা ওইরবা মতুংদা ৮৪ লাক্ষকী কোইবদা চৎকদৌবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** আত্মা অমথক্না ৮৪ লাক্ষ কোইবদা চৎলিদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, আত্মা অমথক।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং আত্মাদি পবিত্রনিদনা?

**দাদাশ্রী :** আত্মা পবিত্রদি হৌজিকসুনি। ৮৪লাক্ষ য়োনিশিংদা কোইদুনা চৎলবসু পবিত্রা ওইদুনা লৈ! পবিত্রা লৈরম্মী অমসুং পবিত্রা লৈগনি!

# অপামবগী মতুং ইন্না মপোক

**ৱাহং-হংলিবা :** শিদ্রিঙৈ মমাঙদা অপাম্বা লৈবদুগুম্না, মদুগী মওংদা পোকপা ওইদনা ?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুগী অপাম্বা, মীয়াম্না হায়দনা মদুদি শিদ্রিঙৈ মমাঙদা

অসিগুম্বা অপাম্বা লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মদু অপাম্বা অদু পুরক্কদৌবা মথৌ তাদে। মদুদি হিসাবনি, পুন্সি চুপ্পগী। পুন্সি চুপ্পা অদোম্না তৌথিবদু, মদুগী শিবগী মতমদা অরোইবা মীৎকুপ্তা মদুদা হিসাব লাকই অমসুং মদুগী হিসাব মথা-পোন্না মহাক্কী মপোক ওইবা ওইরি।

## মীওইবদগী মীওইবা থক্তা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবদগী মীওইবা থক্তদা চৎকদোইরা?

**দাদাশ্রী :** মদু মশাগী খঙবদা লানবনি। মসি নত্তনদি নুপীগী মবুক্তগী মীওইবা ওইনা পোকপা ওই। মদুদা করিগুম্বা গধা পোক্তে। তৌইগুম্বসুং মহাক্না অসিগুম্না খঙদুনা ফম্বা ওই মদুদি ঐখোয়না শিগনি মদু ওইজরবসু মীওইবদা পোক্কনি মদু ওইরবদি মদু অরান্বনি। অরে, অপঙ নহাক্কী ৱাখলদি গধাগুম্বনি, মতুংদা মীওইবা মতৌ করম্না ওইগনি? নহাক্না ৱাখল লাকই, কনাগীবু নুংঙাইথোক্কনি, কনাগীবু লৌগনি। হক্কী নত্তবা অদুবু নুংঙাইথোক্লবগী ৱাখল লাকই, মদুগী ৱাখল অদুনা পুবা ওই, মশাগী *গতি*(মপোক মওং)দা!

**ৱাহং-হংলিবা :** জীবগী অসিগুম্বা করিগুম্বা মথং-মনাও নায়বা লৈব্রা মদুদি মীওইবদা লাক্লবা মতুংদা মীওইবা থক্তদা লাকপ্রা নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বদা চৎপ্রা?

**দাদাশ্রী :** হিন্দুস্তানদা মীওইবা মপোক্তা লাক্লবা মতুংদা মপোক ৪শিংদা কোচৎ-চৎপা ওইরি। ফোরেনগী মীওইশিংদা অসিগুম্বা লৈতে। মখোয়দা ২-৫% এক্সেপশনল ওই। অতোপ্পা পুন্নমক মথক্তা কাখৎতুনা লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মীয়াম্না বিধাতা হায়নরিবসি, মদু করিবু হায়রিবনো?

**দাদাশ্রী :** মদুবু মহৌশাবু বিধাতা কৌরি। বিধাতা মীং কৌবা কনাগুম্বা দেবী লৈতে। 'সাইন্টিফিক সরকমস্টেন্সিয়ল এবিদেন্স'(বিজ্ঞানগী ওইবা সনয়োগশিংগী খুদম, মদু বিধাতানি। ঐখোয়গী মীয়ামশিংনা লেপ্পা ওইরি মদুদি নুমিৎ ৬দা বিধাতা ইগদবা অদু ইবা ওইরি। কলপ্পাশিংদগী মসি পুন্নমক য়াই অমসুং তশেংবা খঙগে হায়রগদি মসি পুন্নমক অচুম্বা নত্তে।

মসিদদি নিয়ম মসিনি মদুদি কনাগুম্বনা হক্কী নত্তবা লৌরবদি, মহাক্কী মখোঙ ২গী মখোঙ ৪ওইগনি। তৌইগুম্বসুং মদু পরমেনেন্টগী ওইনদি নত্তে।

য়াম্লবগী য়াম্লবদা চহী ২০০ অমসুং য়াম্বা ওইরগদি মপোক ৭–৮ শা–ঙাদা চৎলি অমসুং য়ামদ্রবগী য়ামদ্রবদা, মিনিত ৫গী মনুংদা শা–ঙাদা চৎতুনা, অমুক হন্না মীওইবদা লাকপা ওইরি। জীব কয়া অমা অসিগুম্বনি মদুদি মিনিত ১দা মপোক ১৭ হোংবা ওই, হায়বদি অসিগুম্বা জীবসু লৈ। মরমদুনা শা–ঙাদা চৎখ্রবা, মখোয় পুন্নমকপু চহী ১০০–২০০গী হিংবা মতম ফঙবা ওইদে।

# মদু খঙবা ঙম্মী লক্ষণশিংদগী

**ব্রাহং–হংলিবা :** মসি শা–ঙাগী মপোক্তা চৎকদৌরি, মসিগী প্রমানদি খরা ফোঙদোকপীয়ু, মদুবু বিজ্ঞানীক মতেং লৌদুনা করম তৌনা লৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মসিদা কনাগুম্বনা নুংঙাইথোক্তুনা লৈরগদি অসিগুম্বা মীওই থেংনব্রা অদোম্না? 'করিবু নুংঙাইথোক্তুনা লৈবগে?' অসিগুম্না অদোম্না মঙোনদা হায়ব্রা? মহাক্না মদুদগী, হুইদগী লাকপা ওইরি। কনাগুম্বনা য়োংগুম্না চোংথোক–চোংজিন তৌবা, অসিগুম্বা লৈ! মখোয় মফমদুদগী লাকপা ওইরি। কনাগুম্বনা হৌদোংগুম্না অসিগুম্না মুন্নবা ফমদুনা লৈরি, অদোমগী করিগুম্বা লৌনবগী, মুন্নবগীদমক। মখোয় মফমদুদগী লাকপা ওইরি। হায়বদি মসিদা, কদায়দগী লাকপগে মখোয়, মসি পুন্নমক খঙবা ঙম্মী। অমসুং মদুসু মতম পুন্নমক্কী নত্তে। মসি মীয়ামদি করম তৌবগে, মখোয়না পাপ তৌবসু হৈবা ওইদে।

মসি কলিয়ুগগী মীওইশিংদি পাপ তৌবা ফাও হৈতে অমসুং তৌরি পাপ থক্তবু! মরমদুনা মখোয়গী পাপশিংগী মহৈ করম তৌবগে? য়াম্না ওইরগদি চহী ৫০–১০০শা–ঙাদা চৎতুনা অমুক হন্না মসিদা অদুমক লাকই, চহী ১০০০ নত্রগা চহী লাক্ষ ওইদে। মরমদুনা শা–ঙাদা চৎপা, মদুবু মরালনি থনগনু। মরমদি মখোয়দি খুদক্তা লাকপা ওইরি তোল্লবা! মরমদি অসিগুম্বা পাপতি তৌদেদনা! মখোয়দা শক্তী লৈতে অসিগুম্বা পাপ তৌনবগী।

# নিয়ম, মাংহন্বা–ক্রুদ্ধি (চাং–হেঙ্গৎপ)গী

**ব্রাহং–হংলিবা :** মসি মীওইশিংগী মশীং হেন্না–হেন্না হেঙ্গৎলি, মসিগী অর্থ মসিনি মদুদি শা–ঙা হন্থবা ওইরি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, চম্মী। লৈরিবা আত্মা পুন্নমক, মদুমখৈ আত্মানি,

তৌইগুম্বসুং ‘কন্বর্জন’ (হোংদুনা) ওইদুনা লৈ। করিগুম্বদা মীওইবা হেঙ্গৎপা ওই, মতমদুদা শা-ঙা হন্নবা ওই অমসুং করিগুম্বদা শা-ঙা হেঙ্গৎপা ওই, মদুদা মীওইবা হন্নবা ওই। অসিগুম্না কন্বর্জন ওইদুনা লৈ। হৌজিক অমুক হন্না মীওইবা হন্নগনি। হৌজিক ইং ১৯৯৩দগী হৌবা ওইগনি হন্নবগী!

মতমদুদা মীয়াম্না কেল্কয়ুলেশন তৌই মদুদি ইং ২০০০দা অসিগুম্না ওইগনি অমসুং মদুগুম্না ওইগনি, হিন্দুস্তানগী মীশিং হেঙ্গৎকনি, মতুংদা ঐখোয়না করি চাগনি? অসিগুম্বা কেল্কয়ুলেশন অসি তৌরি, তৌদ্রনে? মদু করম্বগুম্বনো হায়বদা? ‘সিমিলি’ হায়য়ুরা?

চহী ১৪গী নুপামচা, মহাক্কী অৱাংবা ফুট মরী অমসুং ইনচ মরী অমসুং চহী ১৮দা ফুট ৫ ৱাংবা ওইরি। মদুদা হায়, চহী মরীদা ইনচ নিপান হেঙ্গৎলি, মদুদা মসি চহী ৭০দা কয়াম্না ওইগনি? অসিগুম্না কেল্কয়ুলেসন তৌরগদি, মদুগুম্না মসি মীশীংগীসু কেল্কয়ুলেসন তৌই!

## অঙাংশিংবু অৱাবা করিগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** লানজদ্রবা অঙাংবু হকচাংগী অনাবা ময়োক্নবা ওইরি? মদুগী করি মরমনো?

**দাদাশ্রী :** অঙাংগী কর্মগী পরিণাম অঙাংনা ফুগৎকনি অমসুং ‘মদর’না মদুবু য়েংদুনা ফুগৎকনি। মচং ওইবা কর্মদি অঙাংগী, মদুদা মদরগী অনুমোদনা ওইরম্মী, মরমদুনা ‘মদর’না য়েংদুনা ফুগৎকনি। তৌবা, তৌহন্বা অমসুং অনুমোদন তৌবা-মসি অহুম অসি কর্মনা ফজিন্নবগী কোজ (হৌরকফম) নি।

## মীওইবা মপোক্কী কান্নবা

মীওইবগী হকচাংদা লাক্লবা মতুংদা অতোপ্পা মপোকশিংদা হায়বদি দেব, শা-ঙা নত্রগা নরক্তা চৎতুনা লাক্লবগী মতুংদা অমুক-হন্না মীওইবা হকচাং ফঙবা ওই। অমসুং কোইচৎ-চৎপগী অরোইবসু মীওইবগী হকচাংদগী ফঙবা ওই। মসি মীওইবগী হকচাং করিগুম্বা সার্থক তৌবা হৈরগদি *মোক্ষ* (অরোইবা মুক্তি) পু ফঙবা য়াবা অদুগুম্বনি অমসুং হৈত্রগদি কোইচৎ-চৎপগী সাধন হেঙ্গৎহল্লি, মদুগুম্বসু লৈ! অতোপ্পা মপোকশিংদা থালি নান্থোকপা ওই। মসিদদি

অনীমক্কি। নাম্ভোকপা ওই অমসুং লোয়না-লোয়না পুনশিন্নসু ওই। মরমদুনা য়াম্না তাংনা ফঙবা মীওইবগী হকচাং ফঙবা ওইরি, মদু ওইরবদি মদুদগী ঐখোয়গী থবক লোইশিলহৌরো। মশীং থীঙমদ্রবা মপোক কয়া আত্মানা হকচাংগীদমক হিংলম্মী। মপোক অমতং করিগুম্বা হকচাংনা আত্মাগীদমক হিংলবদি থবক পুম্বা লোইশিল্লগনি!

মীওইবগী হকচাং থক্তদা করিগুম্বা *জ্ঞানী পুরুষ* ফংলবদি মোক্ষকী উপায় ফংলগনি। দেবতা(লাইশিংনসু)সু মীওইবা মপোক্কীদমক খৌরাংই। *জ্ঞানী পুরুষ*পু থেংনবদগী, ৱের কননেক্ট তৌবগা, মশীং থীঙমদ্রবা মপোক কয়া ফাও য়েক্লবা ওইরম্বা হকচাং থ্বাইদগী মরুওইবা মরুপ ওইবা ওইরি! মরমদুনা, মসি হকচাংদা অদোম্না জ্ঞানী পুরুষ ফংলবদি, মদু ওইরবদি থবক পুম্নমক লোইশিলহৌরো। মপুংফানা ৱের কননেক্ট তৌদুনা ঈপাক ৱাংমা লাল্দুনা কুমথরো।

## অজন্মা(পোক্তবা)-অমরবু পোকপা-শিবা কদায়দগী?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং পোকপা-শিবগী কোয়বা অসি কনানানো?

**দাদাশ্রী :** অহংকার লৈদনা, মহাক্না পোকপা-শিবা ওই। আত্মাদি মপুং ওইবা দশাদা লৈরি। অহংকার মতুংদা লেপ্পা ওইরি, মরমদুনা মহাক্কী কোয়বদু লেপ্পা ওইরি!

## মতুংদা শিবগীসু অকীবা লৈতে

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি সনাতান(লোইবা নাইদবা) শান্তী থক্তবু ফঙবা ওইরগদি মদু মসি মপোক অসিথক্তগী ওইব্রা নত্রগা মপোক মপোক্কী ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে। মদুদি পরমেনেন্ট ওইরেদনা, মদুদি। মতুংদা তৌবা ওইবা লৈত্রে, মরমদুনা কর্মনা পুনশিন্বা ওইদে। মপোক অমতংদা নত্রগা মপোক ২দা মোক্ষ ওইবা ওই, অমসুং অতোপ্পা উপায় অমত্তা লৈতে, করিসু তৌবা ঙমদে। কনাগুম্বনা মোক্ষতা চৎনিংদ্রগদি, মহাক্না মসি ব্যাপার অসি তৌরোইদবনি। মসি লাইন অসিদা পুল্লোইদবনি। কনাগুম্বনা মোক্ষ পামদ্রগদি, মদু ওইরগদি মসি লাইন অসিদা পুল্লোইদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি পুম্নমক *'জ্ঞান'* অসি, মহাক্না মথংগী মপোক্তা

চৎপা, মতমদুদা নীংশিংব্রা?

**দাদাশ্রী :** পুন্নমক মদুগী মওংদা ওইগনি। হোংবা ওইরোই। মরমদি কর্ম পুনশিন্বা ওইদে, মরমদুনা মতুংদা চয়েৎন্বা লৈবা ওইদেদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরবদি মসিগী অর্থ মসি ওইরে মদুদি ঐখোয়গী মমাঙগী মপোক্কী অসিগুম্বা কর্ম ওই, মদুনা মরম ওইদুনা চয়েৎন্বা চৎথদুনা লৈবা ওইরি?

**দাদাশ্রী :** মমাঙগী মপোক্তা অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা কর্ম পুনশিল্লি, মদুগী কর্মশিংগী মসি ইফেক্টনি হৌজিক। ইফেক্ট ফুগৎপা মথৌ তাই। ইফেক্ট ফুগৎ-ফুগৎতুনা, মতুংদা করিগুম্বা *জ্ঞানী* ফংদ্রবদি, মদু ওইরবদি অমুক হন্না অনৌবা কোজেজ অমসুং পরিণাম শক্তমদা অনৌবা ইফেক্ট শেমদুনা লৈ। ইফেক্টতগী অমুক-হন্না কোজেজ শেমদুনা লৈগনি অমসুং মদুগী কোজেজে মতুংদা মথংগী মপোক্তা ইফেক্ট ওইগনি। কোজেজ এন্ড ইফেক্ট, ইফেক্ট এন্ড কোজেজ, কোজেজ এন্ড ইফেক্ট, ইফেক্ট এন্ড কোজেজ, কোজেজ এন্ড ইফেক্ট মদু চৎথদুনা লৈ। মরমদুনা *জ্ঞানী পুরুষ* কোজেজে থিংজিন্বা মতমদা, মতমদুদা ইফেক্ট থক্ত ফুগৎন্বা লৈরি। মরমদুনা কর্মনা পুনশিন্বা থিংজিনখ্রে।

মরমদুনা '*জ্ঞান*' পুন্নমক নীংশিংবা ওইরি, মসিদা নত্তনা, তৌইগুম্বসুং মশামক মদুগী শক্তম ওইবা ওইরি। মতুংদদি শিবগীসু কীবা ওইদে। কনাগুম্বগী অকীবা ওইদে, *নির্ভয়* (কীদবা) ওইবা ওই।

# অরোইবা মতমগী জগ্রুতি

# হিংলিঙৈ, ফাওবা

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাশ্রী, জ্ঞান লৌদ্রিঙৈ মমাঙগী, মসি মপোক অসিগী *পর্যায়* শেমখ্রবদুগী, মদুগী শেংদোকপা মতৌ করম্না লাক্কনি?

**দাদাশ্রী :** হৌজিক ঐখোয় হিংলি, মদুফাও *পশ্চাতাপ* (লান্না তৌথিবশিংগী য়াম্না পেন্দবা ফাওবা) তৌদুনা মদুবু চামথোক্কনি, তৌইগুম্বসুং মদু খরদি, মপুংফানা শেংদোকপা ওইবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং মপাঙ্গল নোপ্পদি ওইবা ওইরি, মরমদুনা মথংগী মপোক্তা খুৎনা পায়বগা খুদক্তা কীশি থোকপা ওইরি!

**ৰাহং-হংলিবা :** প্রায়শ্চিতগী অথিংবা অদু নাস্থোকপা ঙমব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, নাস্থোপা ওই। মখল থরগী ওইনা থিংবা ওই, মদুগী কর্ম প্রায়শ্চিত তৌবদগী অকন্বা কীশিদগী অকোম্বা ওইরি। ঐখোয়গী *প্রতিক্রমণ* দা য়াম্না শক্তী লৈ। দাদাবু নীংশিংদুনা তৌরগদি থবক ওইগনি।

## মসি জ্ঞান ফংলবা মতুংদা হিসাব মহাবিদেহগী

কর্মগী ফোর্স(ইন্বা)তগী মপোক ওইগদবা অদুমক মদু ওইগনি, হায়রগদি মপোক ১-২। তৌইগুম্বসুং মদুগী মতুংদা সীমনধর স্বামীগী মনাক্তা চৎপা ওইগনি। মসি মফমসিগী ফোর্স, হিসাব পুনশিন্বা ওইরি মমাঙদা, করিগুম্বা থরদি কা হেন্না-নপন্বা ওইদনা, মদু ওইরগদি মদু লোইশিনগনি। মদুদগী করিগুম্বা নাস্থোকপদি ঙমদেদনা!

**ৰাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌবদগী কর্মগী ইন্বা অসি হন্থবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** হন্থবা ওই! অমসুং থুনা লোইশিন্বা ওইরি।

## 'ঐহাক্না ' অসিগুম্না লোইশিনখি পৃথিবী পুম্বগা

প্রতিক্রমণ তৌ-তৌদুনা অরান্বশিং অদু লোইশিল্লিবখৈ, মদুখৈ মোক্ষ নক্না লাক্লি।

**ৰাহং-হংলিবা :** মদুগী *ফাইল*(নক্নবা মীওই)শিংদু মতুংদা নপশিন্নরোইদনা মথংগী মপোক্তা?

**দাদাশ্রী :** করিবু দরকার? ঐখোয়না মথংগী মপোক্কী করিবু দরকার ওইবগে? মসিদা অদুমক প্রতিক্রমণ অদুক্কী মতীক তৌরগদি। মতম হাংবগা মহাক্কীদমক প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈগদবনি। 'চন্দুভাই'দা অদোম্না মসিখক হায়বা মথৌ তাই মদুদি প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈয়ু। অদোমগী য়ুমগী মীপুম খুদিংগা লোয়ন্না, অদোমদগী করিগুম্বা মমাঙদা অৱাবা ওইখিবা ওই, মদুগী অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মশীং-থিবা য়াবা নত্রগা থীঙমদ্রবা মপোক কয়াদা রাগ-দুয়েস, বিষয়, কষায়গী দোষ তৌরগদি, মদুগী ঙাকপীয়ু হায়জরী। অসিগুম্না নুংতিগী মীওই অমমমগী, অসিগুম্না য়ুমগী মীওই খুদিংবু নীংশিং-নীংশিংদুনা তৌগদবনি। মতুংদা লোয়ন্না লৈমিন্নবা, থংন্বা-য়ুমথংন্বা পুন্নমকপু লৌদুনা উপয়োগ

থমদুনা মসিবু তৌদুনা লৈগদবনি। অদোম্না তৌরবা মতুংদা মসি অরুম্বা হন্থরগনি। অসুন্না হেক্তা য়াঙবা ওইদে।

## শিখ্রবা মদুগী প্রতিক্রমণ?

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙাকপীয়ু হায়গদবা অদুগী, মদুগী মীওই অদুগী হকচাং লৈত্রবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** হকচাং লৈত্রবা ওইরগদি, মদু ওইরবসু মহাক্কী ফোটো লৈরগদি, মহাক্কী মায়থোং নীংশিংলগদি, মদু ওইরগদি তৌবা য়াগনি। মায়থোং নীংশিংদ্রগদি অমসুং মমীং নীংশিংলগদি, মদু ওইরগদি মমীং লৌদুনা তৌবা য়াই, মহাকপু য়ৌগনি পুন্নমক।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি শিখ্রবা মীওইগীদমক প্রতিক্রমণ মতৌ করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাং, ভাৱকর্ম, দ্রব্যকর্ম, নোকর্ম, শিরিবগী মমীং অমসুং মহাক্কী মমীংগী মায়া পুন্নমক্তগী তোঙাম্বা ওইবা, মহাক্কী শুদ্ধাত্মাবু নীংশিংউ, অমসুং মতুংদা 'অসিগুম্বা অরান্বা তৌথি' মদুবু নীংশিংউ( *অলোচনা*)। মদুগী অরান্বশিংদুগী ঐহাক্না পশচাতাপ ওইবা ওই অমসুং মদুগীদমক ঐহাকপু ঙাকপীয়ু (*প্রতিক্রমণ*)। অসিগুম্বা অরান্বশিং থোক্তন্বা অসিগুম্বা লেংদবা ফিরেপ লেপ্পা। অসিগুম্না লেপ্পা( *প্রত্যখ্যান*)। 'ঐখোয়' ইশামক চন্দুভাইগী *জ্ঞাতা-দ্রাষ্টা* লৈবা অমসুং খঙলবদি চন্দুভাইনা প্রতিক্রমণ কয়াম্না তৌবগে, কয়াম্না ফজনা তৌবগে অমসুং কয়ারক হন্না তৌবগে।

**-জয় সচ্চিদানন্দ**

## অরোইবা মতমগী প্রর্থনা

কনাগুম্বগী অরোইবা মতম লাক্লবদি, মহাক্না মতৌ অসিগুম্না প্রর্থনা তৌগদবনি।

‘হে দাদা ভগৱান, হে শ্রী সীমনধর সৱামী প্রভু, ঐহাক্কী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাং...* (কনাগুম্বগী অরোইবা মতম লাক্লবা মদুগী মীওই, মশাগী মমীং লৌবা)...অমসুং..*..গী মমীংগী মায়া পুম্নমক ভাৱকর্ম, দ্রব্যকর্ম, নোকর্ম অদোম প্রগাট পরমাত্ম শক্তম প্রভুগী খোঙ-চরন্দা সমর্পিত তৌরি।

হে দাদা ভগৱান, হে শ্রী সীমনধর সৱামী প্রভু, ঐহাক্কী অদোমগী অনন্য খোঙখাদা লৌজরি। ঐহাক্কী অদোমগী অনন্য খোঙচরন ফংহন্বিয়ু। অরোইবা পুংফমদা ইনাক্তা লৈবিয়ু। ঐহাক্কী খুৎচিংবিদুনা মোক্ষতা পুবীয়ু। অরোইবা ফাও ঐহাক্কা লোয়ন্না লৈবিয়ু।

হে প্রভু, ঐহাক্কী মোক্ষ নত্তনা মসি জগত অসিগী অতোপ্পা করিগুম্বা লোইবা-নাইবা পোৎ অমত্তা পামদে। ঐহাক্কী মথংগী মপোক অদোমগী খোঙচরন্দা অমসুং খুয়াখা থক্তা ওইবীয়ু।’

**‘দাদা ভগৱান না অসীম জয় জয়কার হো ’** হায়দুনা লৈয়ু।

(মতৌ অসুন্না মদুগী মীওইদুনা হন্না-হন্না হায়বা নত্রগা কনাগুম্বা অমা মহাক্কী মনাক্তা হন্না-হন্না হায়হন্বা)

---

## শিরিবা মীওইগীদমক প্রর্থনা

অদোমগী কনাগুম্বা শিথ্রবা মীওই নত্রগা মরুপগীদমক মসিগুম্না প্রার্থনা তৌগদৌবনি।

‘প্রত্যক্ষ দাদা ভগৱানকী সাক্ষীদা, প্রত্যক্ষ সীমনধর সৱামীগী সাক্ষীদা, হকচাং ওইরিবা...*...গী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী য়োগ, ভাৱকর্ম, দ্রব্যকর্ম, নোকর্মদগী তোঙান্বা ওইবা হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান, অদোম অসিগুম্না কৃপা পীবিয়ু মদুদি..*..লৈরিবা মফমদুদা নুংঙাইবা-শান্তী ফংবা, মোক্ষ ফংবা। ঙসি ফাওগী মতমদা ঐঙোন্দগী..*..গী মথক্তা তৌথিবা রাগ-দুৱেস, কষায় থোকখিবা, মদুগী ঙাকপীয়ু হায়জরি। থম্মোয়-শোক্না পছতাবা ফাওরি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু অমসুং অমুক-হন্না অসিগুম্বা দোষ কৈদৌঙৈদা থোক্তন্বা, অসিগুম্বা শক্তী পীবিয়ু।’

(মতৌ অসুন্না হঙ্গিন-হঙ্গিন প্রর্থনা তৌগদবনি। মতুংদা শিরিবা মীওই অদু নীংশিংলিবা মথৈ, মতম-মতমদুদা মসি প্রর্থনা অসি তৌগদবনি।)

## **শুদ্ধাত্মাগীদমক প্রার্থনা** (নুংতিগী অমুক্তং ঙাংগদবা)

হে অন্তর্যামী পরমাত্মা! অদোম জীব খুদিংমক্তা বিরাজমান ওইরি, মদুগুম্না ঐঙোন্দসু বিরাজমান ওইরি। অদোমগী শক্তম মদু ঐহাক্কী শক্তম্নি। ঐহাক্কী শক্তম শুদ্ধাত্মানি।

হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! ঐহাক্না অদোমবু অমত্তা ওইবা ভাৱদগী খ্বাইদগী ৱাংবা ভক্তীগা লোয়ন্না খুরুমজরি।

অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ঐহাক্না**দোষ তৌখিবশিংদু, মদুগী দোষশিং পুম্নমকপু অদোমগী মাংদা হায়দোকচারী। মদুগী থম্মোয়শোক্না য়াম্না নুংঙাইতবা তৌজরি অমসুং অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। হে প্রভু! ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ু অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ তৌদন্বা, অসিগুম্বা অদোম্না ঐহাকপু শক্তী পীবিয়ু, শক্তী পীবিয়ু, শক্তী পীবিয়ু।

হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! অদোম অসিগুম্না ক্রিপা তৌবিয়ু মদুদি ঐহাকপু খেৎন্বা-ভাৱ নাম্হোক্লবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তম ফংহনবীয়ু। ঐহাক্না অদোমদা অমত্তা ওইবা শক্তমদগী তন্ময়াকার লৈগে।

**(তৌখি-তৌখিবা দোষশিং অদু, মদুবু পূক্নীংদা নীংশিংউ।)

## **প্রতিক্রমণ বিধি**

প্রত্যক্ষ 'দাদা ভগৱান'গী সাক্ষীদা, হকচাং ওইরিবা(কনাগুম্বগী মথক্তা দোষ তৌখিবা, মদুগী মীওই অদুগী মমীং)গী পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী য়োগ, ভাৱকর্ম-দ্রৱ্যকর্ম-নোকর্মদগী তোঙান্বা ওইরিবা হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান, অদোমগী সাক্ষীদা, ঙসি ফাও ঐহাক্না তৌখিবা** দোষশিং, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি। থম্মোয়-শোক্না নুংঙাইতবা তৌজরি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ কৈদৌঙৈদা তৌদনবা, অসিগুম্না লেংদবা ৱাশক লৌরি। মদুগীদমক মতোনলোম্বা শক্তী পীবিয়ু।

**অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা, বিষয়-বিকার, কষায় অসিনচিংবদগী কনাগুম্ববু অৱাবা পীখিবা, মদুগী দোষশিংবু পূক্নীংদা নীংশিংউ।

## English Books Published By Dada Bhagwan Foundation

1.Adjust Everywhere
2.Ahimsa : Non-Violence
3.Anger
4.Aptavani-1
5.Aptavani-2
6.Aptavani-4
7.Aptavani-5
8.Aptavani-6
9.Aptavani-8
10.Aptavani-9
11.Autobiography of Gnani Purush A.M Patel
12.Avoid Clashes
13.Brahmacharya
14.Death: Before, During &After
15.Flawless Vision
16.Generation Gap
17.Harmony in Marriage
18.Life Without Conflict
19.Money
20.Noble Use of Money
21.Pratikraman
22.Pure Love
23.Right Understanding to Help Others
24.Science of Karma
25.Science of Speech
26.Shree Simandhar Swami : The Living God
27.The Essence Of All Religion
28.The Fault Is Of The Sufferer
29.The Guru and The Disciple
30.The Hidden Meaning Of Truth & Untruth
31.The Practice Of Humanity
32.Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles
33.Whatever Happened is Justice
34.Who Am I ?
35.Worries

❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages: Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc

❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages :Gujarati, Hindi, English.

# Persons to Contact

**Dada Bhagwan Parivar**

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 7200740000 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

| | |
|---|---|
| **U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**<br>Tel:+1 877-505-DADA(3232)<br>Email: info@us.dadabhagwan.org | **U.K: Dada Darshan (UK)**<br>Tel: +44 330-111-DADA(3232)<br>Email: info@uk.dadabhagwan.org |
| **Germany** :+49 700 32327474<br>**UAE:**+97 1557316937<br>**Kenya:**+254 795-92-DADA(3232)<br>**Dubai**: +971 501364530 | **Australia**:+61 402179706<br>**New Zealand**:+6421 0376434<br>**Singapore:** +65 91457800 |

**www.dadabhagwan.org**



## য়ৌই ভাৱ থক্তগী বায়ব্রেসন

অঙাং নত্রগা কনাগুম্বা ইমুংগী মীওইগী শিথ্রবগী মতুংদা চীন্তা তৌবদগী মহাকপু অৱাবা ওই। মীয়াম্না অজ্ঞাম্না মরম ওইদুনা অসিগুম্বা পুম্নমক তৌরি। হায়বদি অদোম্না, মসি ওইরিবদুগুম্না মদুগুম্না খঙদুনা শান্তীগা লোয়ন্না লৈগদবনি, মরম লৈতনা অৱাবা ওইবগী করি অর্থ লৈবগে? মসিদি সংসারগী ওইবা মমাঙ মপোক্কী মরিনি, লৌবা-পীবগী হিসাব। শিবা করিনো? বোইদা ইথিবা হিসাব লোইবা! করিগুম্বা ঐখোয়না মহাকপু য়াম্না নীংশিংবা ওইরগদি করি তৌগনি? বীতরাগ ভগৱানদা হায়জগদবনি মদুদি মহাকপু শান্তী পীবীয়ু। ঐখোয়না ভাৱনা তৌরগদি মঙোন্দা শোয়দনা য়ৌগনি।

**- দাদাশ্রী**

dadabhagwan.org

ISBN 978-93-91375-46-1

9 789391 375461

Printed in India

**Price ₹ 50**

Manipuri